# শ্রীরাধাগোবিন্দ অষ্টকাল
# শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভু অষ্টকাল।

—:(*):—

সম্পাদক।
শ্রীলোংজম মনিসিং স্বরসিদ্ধান্ত চুড়ামনি
উরিপোক পোরেম লৈকাই।

ইকাল অসি ইবদা মতেং পিবিবা পণ্ডিত।
সিং ভক্তিরস চুড়ামনি ব্রাংথৈ ব্রহ্মপুর।
লাসিং ভক্তি হার সিংজমৈ কেত্রি লৈকাই
থোকচোম সনাখ্যি ক্যামগৈ।
ভক্তি শাস্ত্রীয় সমাজ
শোক ১৯৮১ ইং



শ্রীগোপাল প্রেস

মমল লুপা ৯-৫০ নি।

# ৱাহৌদোক

শ্রীরাধাগোবিন্দ অষ্টকাল অসিনম্নবগীদমক মণিপুর গোবর্মেণ্টনা প্রান লুপা ৫০০৲পিবিরকই। অমসুং চেম্ম লাইব্রিক অসি নম্বা ওক্লনবা অহৌংবা মমল্দা পিবিরকই গোবরমেণ্টগী কৃপানা লাইব্রিক অসি নম্বা ঙমজবনি। অসিগুম্বা সরকার অসি মথক্তসু লৈখিদে খোঁজাল হৈবা ধর্ম্ম সেমগৎপা সরকারনি মতম কুইনা সাংনা সাসোন তৌবা শ্রীগোবিন্দনা কৃপা পিনবা ওইসনু খুরুমজরি। লাইব্রিক অসি ননাই ঐনা পামজত্তুনা পন্দিং ওঝা মরুপ মপাং কয়াগা তান্নজত্তুনা লাইব্রিক খুদিংদগী লৌত্তুনা নমথোকচবনি। অরানবা অসোইবা পুন্নমক ঙাকপিয়ু হন্না হন্না খুরুমজরি। শ্রীরাধাগোবিন্দ অনিগী কাল নিপানগী স্বরনি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা ওইখিবা চংখিবা অতগী অমুগা। বেস ওন্দুনা বৈরাগ্য ফংবগীমওং শ্রীরাধা গোবিন্দগী নিত সেবা ওইবগী মরম। মীওইবা হিন্দু গৌরধর্ম্ম চংলিবা পুন্নমক্না খংদবা য়াদ্রবা ধর্ম্মগী লম্বি। সাধুসঙ্গ নামশ্রবোন কুর্ত্তোন মালা জোপ্ন চিংবা চংনরিবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী অমুগা অসি পামজবদগী ননাই ত্তোল্লবা পাংদ্রবা জ্ঞান লৈত্রবা ঐনা পামজত্তুনা মরুপ মপাং পন্দিং ওঝা সিংগা তান্নত্তুনা ফোংজবনি। লাইব্রিক অসি অমম্মদং লৌবীত্তুনা লৈবীত্তুনা মহৈ য়ালহনবিয়ু। কোটি প্রর্থনা তৌজরি।।

শ্রীলোংজম মনিসিং স্বরসিদ্ধান্ত চুড়ামনি

পাংখ্রবা ননাই ঐনা পামজক্কনা মনিপুর ইতিহাস মতৈ পুরান খন্দ ৫ নমজখ্রে। মণিপুর সরকারনা মতেং প্রান্টপিবিক্তনা। মথং মণিপুর লাইরিক থিবগী রাগ রাগিনী ছন্দ লাইরিক নমখোকচক্তনা পাখোকচখ্রে। গরুড় পুরান প্রেত খন্দ ফোংজখ্রে। মথং শ্রীরাধাগোবিন্দ অষ্টকাল শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্ট কাল অসিসু ফোংজরে। অসি পুম্নমক অসি ননাই তৌজবা ঐনা লাইরিক যাম্না হৈত্তনা নংকলগা পৈশা যাম্না লৈত্তনা ফোংবা ঙম্মজবা নংদদে মণিপুর গবর্মেন্টগী কৃপানা ঙমজবনি। অমসুং ননাইনা পামজবগী মথক্তা শ্রীশ্রী-গোবিন্দজীগী কৃপানা ঙমজবনি লাইরিক পুম্নমক অসি অরানবা অসোইবা কয়া যাওরিবনি। পুম্নমক অসি থাকপিত্তনা লাইরিক্কি হায়বা থনবিজনা দোষ পুম্নমক থাকপিবা প্রার্থনা তৌজরি।

মণিপুর ইতিহাস প্রথম খন্দ গরিবনীৱাজচরিৎ শোক ১৯৬৯ ইং
মণিপুর ইতিহাস ভাগ্যচন্দ্রচরিৎ শোক ১৯৬৭ ইং
মণিপুর ইতিহাস গম্ভিরসিং নরসিং চরিৎ শোক ১৯৭১ ইং
মণিপুর ইতিহাস চন্দ্রকির্ত্তী চরিৎ শোক ১৯৬৮ ইং
মণিপুর ইতিহাস সুরচন্দ্র কুলচন্দ্র চরিৎ টিকেন্দ্রজিৎ চরিৎ ১৯৬৯ ইং দা ফোংজখি ॥
মণিপুর লাইরিক থিবাগী রাগ রাগীনী শোক ১৯৬৮ ইং
গরুড়পুরান প্রেত খন্দ শোক ১৯৭৯ ইং
শ্রীরাধাগোবিন্দ অষ্টকাল শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকাল শোক ১৯৮১ইংদা

# স্মৃচী পত্র

শ্রীরাধাগোবিন্দ, শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু।

শ্রীচরোন থম্বাল অহুম্মকপু

ননাই ভোল্লবা ঐগী

শিরদা হাপচরি।



## শ্রীলৌংজম মনিসিং স্বরছিদ্ধান্ত চুড়ামনি

মপো মপোক থুদিংদা

ননাইগী ননাই ওইহনা সেবা ফংবা

পিনবিয়ু। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী কাল নিপান

স্বরনি পামজহনা থংদি থংজদনা হৈজবা মহৈ পীনবিয়ু।

# শ্রীরাধা গোবীন্দ অষ্টকাল

 — পদ্মা কার ।। মাধব আচার্য্য সম্প্রদা ঁতিলক ।

 = বেণু পত্রা রাধা পথী সম্প্রদা তিলক ।।

 = আচার্য্য পরিবার তিলক ।।

 — নিত্যানন্দ পরিবার তিলক ।।

 = অদ্বৈত পরিবার তিলক ।।

 = রামান্দি বিষ্ণু স্বামি আচার্য্য কোংতিলক ।।

 —গদাধর পরিবার তিলক ।।

 = রাধা বল্লবী । পরিবার তিলক ।

 = নিমান্দি । পরিবার তিলক ।।

 = রামাবোং । পরিবার তিলক ।

 = স্বুর্ব স্বামী । বিষ্ণু পরিবার তিলক ।।

 = বিষ্ণু স্বামী আচার্য্য গোং তিলক ।।

মসি সম্প্রাদা সম্প্রাদাগী তিলক মথিন্নি ।।

# শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দ অষ্টকাল
# শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকাল

—(:0:)—

শ্রীগোবিন্দব্রজানন্দ সন্দুহা নন্দমন্দিরং বন্দে বৃন্দা বনা নন্দং শ্রীরাধা সঙ্গানন্দিত যজ্ঞানমতং ভুবনং কৃপাম্বুকণা যস্য নৈপ্য করোৎ প্রামতং স্বপ্রেমসম্পং স্বোধয়া ভুক্তেকং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মমুং প্রপৈপেতে। নরায়ন নমস্কৃত্যং নরঞ্চৈব নরোত্তমং দেবী স্বরস্বতী ব্যাষং তত্তশয় মদিরয়েৎ। পঙ্গো ভূমতি ব্রহ্মান্দং মুর্খ বেদার্থবিৎ ভবেৎযৎ কৃপা তৈমস মাত্রেন বন্দেতং গুরুমে স্মরনং।

—:(0):—

## (আরাতি)

বিরাজিত আরাতি শ্রীরাধা গোবিন্দ।
ভকত বৎসলপতি চরনার বিন্দ ॥
ত্রিভঙ্গ ভঙ্গিমা রূপ বদন সুচান্দ।
অধর অরুন কান্তি মনসিজ ফান্দ ॥
পীতাম্বর কটি পটি রমনী আনন্দ।
ভাগ্যচন্দ্র মুঢ মতি মাগেপদ দ্বন্দ ॥

—:(0):—

## (মঙ্গল আরাতি)

উঠ উঠ গৌরাচান্দ নিশি পোহাইলু।
নগরের লোকসব উঠিয়া বসিলু ॥
অরুন উদয় ভেল কমল প্রকাস।
জেন মধুকর কুমুদিনী বাস ॥
কটসুখ জাও নিদ্রা গুণ মনি।
করজুর করু বোলে বাস দেব ঘুসাঃ ॥ * ॥

—:(0):—

রজনি জর্ণ জমাস্তু কটরা তিরামে। কিমপি কিমপি বন্দে দেশ যাত্রা ভিরামে ॥ বিদিতেরকুংজ রাধা কৃষ্ণয় ড়পমতি। মৃদুবচনানাং ছারিকানং শুকানাং ॥ কৈছে ঘুমাও যুগল্লকীশ্বর জোকি। কহত শুক ছারিক জোর ॥ * ॥

—:(0):—

## (শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকম)

শ্রীগৌর ধামাশ্রিত শুদ্ধ ভক্তং রূপানু গাদ্যং নিবদ্ধরূপম।
বৈরাগ্যধর্ম্মোজ্জ্বল-বিগ্রহং তংবন্দে প্রভুং গৌরকিশোর সংজ্ঞম ॥ ১ ॥

## (শ্রীগৌরাঙ্গ নিশান্ত লীলা)

শ্রীবাবা গোবিন্দ অনিমকী লীলাবু স্মরন তৌড়না লৈরি। শ্রীগৌরচন্দ্রনা শ্রীবাসগী মাঙ্গোলদা পুষ্প শয্যাদা শয়ন তৌরে ॥ সুক শারিগী শব্দ তারদুনা গৌরচন্দ্র লেংথংলে। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা মাগি ঝার পায়দুনা চিন্দৈ খুদে পারদুনা চংলক্রে। শ্রীগৌরচন্দ্রদা কনাগুম্বা ভক্ত অমনা ঝারিদগী জল লৌদুনা জল অহু থারদুনা শ্রীমুখ

সেংদোকই । অদুদগী চিনৈদ খুদৈ লান্দুনা শ্রীমুখবু তৈথোক্লে অদুদগী নিজ মন্দির তাল্লা লেংলক্লে । মন্দিরগী সিংহদ্বারগী মপান থোংদা মনিগী পিঠ অমদৈ অদুগী মথক্তা গৌরচন্দ্র ইবুঙো ফম্মে । স্বরূপ দামুদর গোস্বামিনা আরতি তৌই ভক্ত খিবিক্না কোইদুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই লোইরগা ভক্ত সভাদা চৎলে। ভক্ত হায়দুনা বিদাই পিরগা ইবুঙোস্থ মিজ মন্দিরদা লেংসিন্দুনা শয়ন তৌখ্রে ॥ * ॥

কনাগুম্বা বৈষ্ণোপ অমনা পাদ সম্বাহন তৌদনা লৈ । স্বরূপ দামুদরগী কুঞ্জ লৈ অদুগুম্মদুনা গোস্বামি ৮ গী কুঞ্জা অমমম লৈ গৌরচন্দ্রগী স্বরনি লোইরে । মসিবু মীওইবনা স্মরন তৌগদবনি ॥ * ॥

শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিমোৎতি নিভৃত নিকুঞ্জ বোনগী মনুংদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা সাগখিবা লিপা মতাং অসিমক্তা শ্রীগৌরচন্দ্রনা স্মরন তৌখি ॥ * ॥

—:(0):—

## শ্রীরাধা কৃষ্ণ অষ্টকালীয়কীর্ত্তন

## প্রথমযামসাধন, নিশান্ত-ভজন-শ্রদ্ধা

কৃষ্ণ লীলাচিন্তাঃ— রাত্র্যন্তে ত্রস্তবৃন্দেরিত-বহু-বিরবৈর্বোধিতৌ কীর শারী পদ্যৈর্হৃদ্যৈরপি সুখশয়না দুত্থিতৌ তৌ সখিভিঃ । দৃষ্টৌহৃষ্টৌ তদাত্বোদিতরতিললিতৌ কক্খটীগীঃ মশঙ্কৌ রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণাবপি নিজনিজ ধাম্ন্যাপ্ততল্পৌ স্মরামি ॥ ১॥

—:(0):—

## (শ্রীরাধা কৃষ্ণ নিশান্ত)

নিশান্তদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা শয্যাদা চেপথ্রবদা শ্রীরূপ মঞ্জরীনা চংলক্কুনা মথুংতা মনম মুংশখ্রবা শাও তৈত্তুনা মতমপাক্তা ইবেম্মগী পাদবু থাঙ্গৎচত্নুনা সম্বাহন তৌজে। শ্রীরূপমঞ্জরীনা মুংশিন্থনা আত্মাসখী মঞ্জরীদা হাঙ্গৎথাপওদুনা শ্রীকৃষ্ণগী পাদ সম্বাহন তৌহল্লে। অদুদগী নিদ্রাদেবী লাক্কুনা ইবেম্মা ইবুঙ্গোশি নয়ন্দা থোগন তৌখ্রে।

অদুদগী শ্রীরূপমঞ্জুরীনা ইবেম্মগী চমন তম্পাক্তগী সয্যাদা নিংথিনা থাংথরে হায়বগা মাগী কুঞ্জদা চংদুনা তুমখ্রে। আত্মা সখী মঞ্জরীনা মাগী শয্যাদা লাক্লে। বৃন্দা দেবীনা সেমলথা পাংথা হাইনবা অমাহত্তুগী মরি পায়দুনা লৈখ্রে সনাগি ঝারি অমগা চিন্দৈ খুদৈ অমগা পুসিন্দুনা থম্মি। সেবা সোংগনি হাইদুনা তুম্বা লৈতে। অদুদগী শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা মিকপ শোক্লে ইবেম্মা ইবুঙ্গো অনিনা শৃঙ্গার রস সম্পূর্ণ ওংখ্রে ইবুঙ্গো ইবেম্মাগী হমাং শৌরকপা অদুনা চন্দোন মুংখ্রে অদুগী গন্ধদুনা শিন্না থুংগে। অদু উরবদা আত্মা সখী মঞ্জরীনা হমাই হমদুনা থোগন তৌজরক্লে অদুগী মতমদা মলয়া মুংশিং মলয়া পর্ব্বতগী লাক্কুনা বৃন্দাবনগী মমুংদা লৈরিবা শ্রীরাধা গোবিন্দগী থোগনবু কদোৈদা অমুক্কং ফংজরগবা হাইনা মতম কুইনা লৈজরক-পাদা আত্মা সখীনা লমাই হমল্লক্রবদা মলয়া মুংশিংনা থোগন যাংখ্রে। মলয়া মুংশিংনা আত্মাসখী মঞ্জুরী নংগী কৃপাদগী ইবুঙ্গো ইবেম্মাগী সেবাবু ফংজরে মংদি মুমিং থাদিংগী সেবা তৌজো হাইনা থাগৎলম্মী।

শ্রীরাধা গোবিন্দসু য়াম্না মুংঙাইগ্রহ্না আত্মা সখীদা কৃপা তৌ-
বিশী। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতিগী মাইথোংবু হন্না হন্না চুম্বোন তৌই॥
শ্রীমতিনা কৃষ্ণবু য়েংহ্নবা রস কথা হাইখি। ইবুঙো ইত্তাসিংনা
হয়েং নোংজাল্লগা য়েংহ্না য়েংহ্না নোক্লরগনি। শ্রীকৃষ্ণনা খুম্নি
মহুৎনা তোনবা হাইহ্না তৌরিবনি অসি হায়নবা মতমদা পক্ষি-
গন্দা হাঙ্গং পিরক্লে পক্ষিগনগী মরূপ্না শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিবু
হৌদোক্লকই নোং ঙাল্লে হায়হ্না অহুদগী আত্মা সখী মঞ্জরীনা
চিন্দ খুদ অমা পায়হ্না চংলক্লে মতম অহুদা কৃষ্ণনা ইবেম্মবু
য়েংহ্না য়েংহ্না বেশ ভূষন তৌই। অহুদগী আত্মা সখীনা
চংলহ্না কৃষ্ণগী বদন্দা শোরিবা হুমাং তৈথোক্লে। ইবুংঙো
ইবেম্মগী শৃঙ্গার রসনা মৃগ মদ চন্দোন গুইহ্না হকচাংদা তৈগ্রিবা
অহু তৈথোক্লে অহুদগী ইবেম্মগি মুখ তৈথোক্লে শ্রীঅঙ্গ তৈথোক্লে
ফাহ্না আত্মা সখীগী মশাদা তৈথোক্লে নাম্বোকচে মতৌ অহু
উবদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা য়াম্না পেনখ্রে। অহুদগী শ্রী
কৃষ্ণগী তম্পাক্তা ইবেম্মবু কোনখংপিখী॥ শ্রীমুখবু হন্না হন্না
চুম্বোন তৌই। শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্তা নিংথিবা অহু উবদা
আত্মা সখী মঞ্জরীগী নয়ন্দা প্রেম তৌখি। মকোক্তা মখুং
হাপ্পুনা হেরাধে হেমদন মোহন নমঃ মমপ্রান সমর্পন হায়হ্না
প্রার্থনা কংলে॥ * ॥

(মস্তাং অসিদা স্বরনি তৌগদবা মকম অমনি খংবিউ॥)

অহুদগী বৃন্দা দেবীনা ককখটি কৌবী বানর্রাদা ইঙ্গিং পি-
রক্লে ককখটিন উটা উংতান্দা তোংহ্না লাওরক্লে শব্দ অহু

তাবদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক কেগংলে। অতুদগী শৈয্যা মচাদা ফমলে সখি বৃন্দ পুন্নমকন্স চংলক্লে সখা কনানা খিংসেন পাই সখী কনানা ক্বাগোক পাই সখী কনানা চোংজোবোং পাই অতুদগী আত্মা সখীনা চংতুনা কাংখন হাইদোক্লুনা য়েংঙ অতুদা মনিহার কোঙ্গোই নান্থোক্লুনা তারম্মি স্না খুদোপা তাংম্মি মাঙ্গবু আত্মা সখীনা খুন্দুনা রূপমঞ্জুরীদা পিরে রূপমঞ্জুরীনা চংখিতুনা ইবেম্মগী কণ্ঠদা সিজিন্নে ইবেম্মনা শ্রীরূপমঞ্জুরীবু য়েংতুনা মাসিদি কনানা খুনবগে হাইরকই মঞ্জুরীনা তাকই অতুদগী অমুক হন্না য়েংঊবদা অধরামৃত গরামকুপা অতু লৈরমতুনা খোমজিল্লগা পুরক্লুনা খরাই য়েন্নতুনা চাই। অতুদগী আত্মা সখী মঞ্জুরীনা শ্রীরূপমঞ্জুরীগী মখুংতা চামোর পিরে আত্মা সখীনা খুং ওইনা মনিগী য়েন্দাই অমা পায়রে য়েংলা চামোর পায়রে সখী পুন্নমক নাক য়েংতা চংলি শ্রীরূপ মঞ্জুরীগা আত্মা সখীগা অনিনা মাংদা চংলি অতুদগী কদম খন্দি য়োরগা (তেরকদম) বোনগী মখুংদা স্নাগী সিংহাসোন থাই অতুগী মথক্তা স্না ফিগে অমা থাই অতুদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি ফম্নে শ্রীরূপমঞ্জুরীনা আত্মা সখীদা ইঙ্গিং পিরতুনা ইবুংঙো ইবেম্মগী ঙকশমদা লৈ পরেং অনম্মম শিরে অতুগী তুংদা আত্মা সখীনা পুরকপা বণ্ডি মগুদং স্নাগী থালিদা হাপ্তুনা ললিতাগী মখুংতা পিরে ললিতানা আরাতি তৌই শ্রীরূপমঞ্জুরীনা য়েংতা আত্মা সখীনা ওইদা থৌগল তৌই চামরবু। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী ঙক্তা কোন্দুনা চুম্বোন তৌই হন্না হন্না।। হেরাধে ব্রজগী অহল্লমন পুন্নমক হৌরগনি নংম্ম চংলো

ঐস্থ কল্লগে হায়রুনা কৃষ্ণ লেংব্রে মন্দির য়োঁদনা শয্যাদা চেপক্লে ।। * ।।

অতুদগী ইবেম্মস্থ মতাসিঙ্গা লোইননা নিজমন্দিরদা চংখ্রে অতুদা ইবেম্মনা খল্লকই অহল্লমন হৌরম্মগদ্রা ঐগী নোপুর মখোন অসি তাখিরমগদ্রা হাইরুনা নিংঙ্গি ওতুদা আত্মা সখী মঞ্জরীনা চংলক্লুনা নোপুর লৌথোকই অতুগা আত্মা সখীগী ফাজিদা পুক্সিল্লি অতুদগী সখীগন বিদায় পিরে মাগি মাগি ময়ুমদা চংখ্রে। ইবেম্মাস্থ মন্দির য়োরে আত্মা সখীনা ইবেম্মাগী মনিগী অলঙ্কার লোথোক্লুনা লুবাক্লা হাপ্লুনা থমজিল্লে। অতুদগী আত্মা সখীনা খোংজামশেন পুসিন্দুনা চোরোন সেংদোক্লে অতুদগী কাংখন হাই-দোকক্লুনা ইবেম্মনা সয্যাদা লেংসিন্দুনা চেপখ্রে। অতুদগী মাগী গরাকোক মনিগী মিংসেন্না চিংবা পল্লমক মচি মক্কমদা লোইশিল্লে অতুদগী আত্মা সখী মঞ্জরানা অলঙ্কার পুন্নমক থমজিল্লে অতুদগী ইবেম্মগী শয্যা মচিদা লৈজরুনা পাদ সম্বাহন তৌই অহু উবদা আত্মা সখা ম্নেংরুনা ইবেম্মনা নংদি রারিরিগনি তুমজক্লরো হাই-রুনা তাশপি ননাই ঐ তুমজরনি হাইনা খুশৈজে অতুদগী কৃষ্ণগী কথাবু আলাপ তৌনৈ মপামনাই অনিমক ইবেম্মগী নয়োন্দা নিদ্রা লাক্লুনা থোগন তৌরুনা চেপখ্রে আত্মা সখীশু খংহৌদনা চোরোন কোন্দুনা তুমখ্রে ।। ইবেম্মনা ওাহাক তুমুরগা যাওল্লক-পদা চোরোন কোন্দুনা তুমহ উবদা ইবেম্মনা হাইবারকই অহু ক থুংশিরবা মমা মপাবু হুন্দোক্লম্লগা ঐগী নাক্লা লৈরিবসে থুংশিদা হাইরুনা লুনা তৌবাখি অহুদগী ইবেম্মস্থ অমুক হল্লা তুংখ্রে

অহুদগী নোংঙ্গুল্লদুনা আত্মা সখী মঞ্জুরী কৌগংচরে নিকুঞ্জবেন্দা ওয়রকপা ফী অদু অহল্লমল উরগনি হাইদুনা সিন্নবা ফী অমা অমা থম্মী ইবেম্মনা ফা অদু সিন্দুনা আত্মা সখী মঞ্জুরীনা অহল্লমল উবোইদবা মফমদা সিল্লকপা ফী অদ থমজিনখ্রে সখী সিংনদি উগদবা ইবেম্মগী নাকলদা থমজিলে। মত্তাং অসিদা শ্রী রাধা গোবিন্দ অনিগী লিলাবু শ্রীগৌরচন্দনা স্বরনি তৌখিবা নিশান্ত লিলা লোইরে ॥ * ।      (শ্রীগৌরকিশোরাষ্টকম) ২ ॥

অসৎ-প্রসঙ্গং পরিহায়নিত্যং গৌরাঙ্গ—সেবাব্রত-মগ্নচিত্তম।
গৌড় ব্রজাভেদ-বিশিষ্ট-প্রজ্ঞং বন্দে প্রভুং গৌরকিশোরসংজ্ঞম ॥ ১ ॥

### শ্রীগৌরাঙ্গ প্রাত (৬) ॥

প্রাতদা নবদ্বীপ্তা শ্রীমহাপ্রভুবু সচী মাতানা তৌদোনই শ্রীগৌরাঙ্গগী নাক্তা লৈরিবা দাস অহুনা চোরোন সেবা তৌরম্নদগী হৌগংলহুনা মনিগী মন্দিরবু তৈতোক সেংদোক্লে পৈথোপ মাঙ্গোল লাইখল সেংদোক্লে সিংহার মন্দির রসোইঘর তৈথোক্লে দাত্তোন মন্দির সেংদোক্লে স্বর্ন ঝারিদা জল সোক্তুনা থম্মে চিন্দৈ খুদৈ অমা থম্মি গঙ্গাগী লৈঙোইনে থুম্নে কুপ্পা তক্লগা লা অমদা হাপ্পুনা থম্মে স্নাগী শমকোকথাং অমা পুথোক্লে খুজিন সেংনবা খুজিনথাং অমা থম্মি হকচাংদা তৈনবা মনম নুংশিরবা থাও থম্মি স্নাগী গিলাস অমগা ঝারি অমগা পায়হনা গঙ্গাদগী জল লৌক্লরে ধূপ্নে আগোর চন্দোন্নে পুথোক্লে গঙ্গাগিমৃত্তিকাগা হৈমহিগা তিল্লহুনা খুং শেংনবা থম্মি মনম নুংশিবা থাও অহু

পাত্র অমদা হৈদোক্নুনা থম্মি। * ।।

মহাপ্রভু লেংখৎলক্নুনা দাতোনশংদা থোক্লে স্বপ্ন পিঠদা কম্মে নিজদাসনা শমসেংলে খুজিল সেংলে। শ্রীঅঙ্গাদা থাও থোক্লে স্নাগী সেম্পাক মচু প্রভুগী মাংদা লাক্সিল্লে ।। * ।। অদুদগী বাহ্যকার অদু খুংনা কোংতুনা নিজদাসনা হন্দোক্লে জলনা সেংদোক্লে ফীনা তৈথোক্লে হল্লা হল্লা তৈথোক্লে অদুদগী খুং অদু শেংনা হামদোক্লগা সমনা সেংদোক্লে অদুদগী ধূপ অগোর চন্দোনগী মৈখুনা মনম মুংসিহল্লে স্নাগী কলস অমগা লৈপাক খুং শেংনবা থল্লে অদুদগী গঙ্গাদা চৎলে থাও তৈরে হৈ লুজরে স্নান তৌরে কারক্লে সিংহার মন্দির য়ৌরক্লে শ্রীগৌরচন্দ্রনা পিবিবা খাংচেং নমখাং অমনবা অদু সেংচরে ত্রিলোক তৌরে। অদুদগী সিংহার মন্দিরদা স্নাগী লিফক অম থারে মনিগী মিংসেল অমা থল্লে মনিগী শমজেং অমা থল্লে ধূপ কর্পূর আগোর চন্দোন অসিনাচিংবা চন্দোন তক্লে হাইরগা স্নাগী তেঙ্গোং অমম্মমদা কাপ্রুনাথম্মি তুলসী পত্রনে লৈনে হেক্নুনা নিংখিজবা লাদা হাস্তুনা থল্লে ।। * ।।

শ্রীগৌরচন্দ্রনা দাতোন লোইরে মঙ্গুং চৎলে খুং সেংলে গঙ্গাদা লেংলক্লে নিজদাসনা হৈগা থাওগা পুন্নুনা ইন্নে গঙ্গা য়ৌরে হাইরগা থাও তৈরে হৈলুজরে গঙ্গা স্নান তৌরে অদুদগী নিজদাসনা চংলক্নুনা শ্রীঅঙ্গ সেংদোক্লে শম শুমদোক্লে শ্রীঅঙ্গ তৈথোক্লে খাংচেং হোংজে ইন্নফী ইল্লে অদুদগী গঙ্গা পূজা তৌনবা প্রভুগী খুংতা তুলসী পত্র লৈনচিংবা পিরে প্রভুনা গঙ্গা পূজা

তৌরে। গঙ্গাদেবীনা ইবুঙোগী নির্ম্মল্য ফংজবদা য়াম্না করাওরে অদুদগী ইবুংঙোম্নু খুরুম তৌংদ্রনা মন্দির তাম্না কারক্রে সিংহার মন্দিরদা স্বর্ণ পিঠদা ফম্রে নিজদাসনা ধুপ আগরগী মৈখুনা শম কংহল্লে অদুদগী ত্রিলোক তৌরে মন্ত্র পূজা কংলে শ্রীবিগ্রহমুর্ত্তি দর্শন তৌরে। অদুদগী শুমাং ময়াইদা থারিবা তুলসীবু পরি-ক্রমা তৌরে। অদুদগী শচীমতানা লডু বেড়া খিরনাচিংবা পুরক্কুনা পিজরে। অদুদগী পৈখোপ থানাদা ভক্ত সভা তিল্লগা শ্রীমদ্ভাগবত শ্রবোন তৌরে। অদুদগী শচীমতানা চাক লোই-রদ্রনা চারে অধরামৃতদু নিজদাসনা শেংদোকপদা থর ফংজরে। অদুদগী শ্রীগৌরচন্দ্রনা চিংবা ভক্তসভা পুম্নমক অদুস্তু শ্রীরাধা গোবিন্দগী কথা আলাপ তৌদ্রনা লৈ। মতাং অসিদা শ্রীগৌ-রচন্দ্রনা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্কী লীলাবু শ্বরনী তৌখি॥ * ॥ গৌরাঙ্গ প্রাত ॥ * ॥

( মতাং অসিদা তোল্লবা মনিনা গৌরাঙ্গা প্রভু খুরুমজৈ )

—:(0):—

শ্রীরাধা গোবিন্দ প্রাত লীলা॥

( অষ্টকালিয় যাম-কীর্ত্তন ) ২

(দ্বিতীয়যাম সাধন প্রাতঃকালীন-ভজন)

রাধাং স্নাতবিভূষিতাং ব্রজপয়াহূতাং সখীভিঃ প্রগেতদ্দ গেহে
বিহিতান্নপাক রচনাং কৃষ্ণাবশেষা শমান।
কৃষ্ণং বুদ্ধমবাপ্ত ধেনুসদনং নির্ব্যূঢ় গোদোহনং সুস্নাতং কৃত
ভোজনং সহচরৈ স্তাঞ্চাথ তঞ্চাশ্রয়ে॥ ২॥

প্রাতদা শ্রীমতি ইবেম্মগী পাদ সম্বাকেন তোরম্বদগী আম্মা সখী মঞ্জুরীনা চৌগংলদুনা ইবেম্মগী মনি মন্দির মথুং শিংজোক্লে মাঙ্গোল লাইথল পৈথোপ্প খানা সিংতোক্লে শিংহার মান্দর রোসেই ঘর চুরিনা চিংবা তৈথোক্লে স্নান বেদি শেংদোকে দাতোন মন্দির তৈথোক্লে পুষ্পমক অস লোইরগা স্নাগী ইঙ্গ মথক্তা হৈজাং মনিনগী মহিনা সেংদোক তৈথোকই অদুদগী দাতোন মন্দিরদা স্বর্ন পীঠ অমা থারে মথক্তা কা অরাংবা অমোনবা অমা থারে অদুগী মাংদা মনিগী মিংথেল অমা থারে থম্মে স্বর্ন থালি অমদা দাতোন চৈ হাপ্লে স্নাগী লৈখেং হাপ্লে অদুদগী ইরুজবদা পুনবা মনম নুংশিরবা থওনে হৈনে মান্দর ময়াদা থম্লে মাদু লোইরবা মতমদুদা সখীশিংগা লোইনদনা ইবেম্মগী থোগল য়াওরে ॥ * ॥ সখিসিঙ্গা লোইননা ইবেম্মা সযান্দগী চৌগংলে হাইরগা দাতোন মন্দিরদা লেংথোক্লক্লে দাতোন মন্দিরদা লেংথোক্লক্লে দাতোন তোরে সুদ্ধকলনা শ্রীমুখ সেংদোক্লে সখীগনগী অজ্ঞাদগী আম্মা সখী মঞ্জুরীনা ইবেম্মগী শম সেংদোক্লে স্নাগী থুজিস্থাং পাইদুনা খুজন সেংদোক্লে অদুদগী মনম নুংশিরবা নরায়না তৈল কোবা থাও অদু শ্রীঅঙ্গদা থক্লরে। লোইরবদা স্বর্ন'থালি অদু ইবেম্মগী নাক্তা লাসিল্লম্লে অদুদগী ইবেম্মনা সখীগনগা লোইননা কৃষ্ণগী কথা আলাপ তৌদুনা ভাহাক্তং লৈরে। অদুগী তুংদা আম্মা সখী মঞ্জুরীনা ইবেম্মাগী বাহ্যকার সেঙ্গে হাইদুনা চংলকই বাহ্যকার অদু খুংনা কোংথোক্লনা অরাপ্পদা হুন্দোক্লরে। অদুদগী ইশং হাপ্পুনা

সেংদোক্লে ফী অমনা তৈথেক্লে অহুদগী অমুক শমনা তৈথোক্লে অহুদগী ঙসাই লৌথোক্লুনা থনম্বা ধূপ আগর অহু মৈ থারগা মৈখুহুনা শম কংহল্লে অহুদগী খুং সেংনবা হাইহুনা উৎনিংথৌ লৌথোক্লুনা থম্লে বেল্লি অমদা হাপ্লুনা জল থম্লে অহুদগী আম্না সখীনা স্নাগী কলসনে থাওনে পুরে যমুনাদা স্নান তৌবা লাক্লে যমুনাগী মপান্দা থাও তৈরে হৈলুরে যমুনাদা কুমথহুনা স্নান তৌরে মশাদু হৈথোকলে অহুদগী স্নাগী কলস অহুদা জল থম্না হাপ্লুনা কারকলে মন্দির য়ৌরে কলসহু থম্লগা ইবেম্মনা সেংলু হাইহুনা পিবিবা ফী অমা হোংদোকলে তিল্লোক তৌরে অদুদগী স্নাগী কলস অহুম্লে বেল্লি অহুম্লে অদ, যমুনাগী জল শোক্লুনা থম্মি কলস অমনা মখুম খুম্মি অদুদগী সিংহার মন্দিরদা চংসিল্লকলে স্নাগি লিফক অমা থারে অদুদগী মথক্লা মনিনা থাম্বা স্নানা ফিফম ওইবা স্বন্ন' পীঠ অমা থারে মথক্লা ফী অরাংবা অম থারে। মিংসেল অমা থারে মনিনা থাম্বা স্নানা ফিফম ওইবা স্নাগী শমজেং অমা থম্মি স্বন্ন' থালি অমদা আগরু চন্দোন ধূপ ঘিঃ কপু'র তোংত্না থম্মি। অদুদগী নিবি বন্ধ মেঘাম্বর কঞ্চুলিকা অহুমদু থম্লে। অদুদগী মনিগী কুন্দোর নাইন স্নাগী ক্যাংলিকফাং স্নাগী নাসিকা মনিনা ফিফম ওইবা স্নানা থাম্বা অমা থম্মি স্নাগী খুদোপ মনিনা ফিফম ওইবা স্নানা থাম্বা খুদোপ অনি থম্মি। স্না খুজি অনি থম্মি খুজিদুগী নাক অনিদা চপ্পবা খুজিদু লেংদনবা সনাগী ঝুঠানা চপ্পা খুজি অনি অদুগী সনাগী থাল্লি অহুম পুথোকলে সনাগী গরাকোক পুথোকক্লে

মথক্কা হাইরিবা সনা মনিনা চিংবা পুন্নমক অসি হৈমহিনা সেং-দোকগ্রবনি অদূদগী আঙ্গা সখীমঞ্জুরী মনিগী য়েনদাই অমা পাইদূনা শ্রীবৃন্দাবোনগী মন্নুংদা লৈখিবা চংলক্লে লৈদি মালিকা মালোতী লবঙ্গ নাগেশ্বর বোকুল কেতকী হেম পুস্পীকা মাধবী লতা জাতি নবমল্লীকা কুন্ড মল্লিকা যূথিকা লৈগিজাং থিরকপদা মশাদো লিকলানা ইচোং চোংলি লৈ কয়ামকুম হেক্কূনা য়েন-দাইদা থন্না হাপ্লে থস্পাল অহুম হেকলে অদ, পুদূনা মন্দির তান্না লাকলে চালনিদা হৈদোকলে স্বন্ন থালি অমদা থস্পাল অহুমম্লে মালতী মালিকা বোকুল নাগেশ্বর লবঙ্গ অসি হাপ্লে সনাগী থাল্লি অমদা হেম পুস্পীকা মাধবী লতানা চিংবা হাপ্লে সনাগী থাল্লি অমদা নবমল্লিকা যুথিকা কেতুকী হাপ্লে সনাগী থাল্লি অহুমদূ পূদূনা মনি মন্দিরগী সর্য্যা অসোন্দূগী মাংদা থম্মী মনিগী মন্দির মন্নুংদা লৈবা সয্যা অনি শুই সয্যা অচৌবা অদূদি ইন্দ্রনিলমনি বৈদূর্য্য মনি স্ফূটিক মনি পদ্মরাগ মনি হাইরিবা মনিসিংনা থাম্বা সনানা ফিফম ওইবা কাংথোন্নি অদূগী মথক্কা থাকল অচৌবা অমা খল্লি অদূগী মথক্কা সনাগী কাংখল অমা খল্লি অদূদি সনানা ফিবম ওইবা মনিনা হংপনি মদূগী চুক মরিমক্কা মনিনা থাম্বা সনানা ফিবম বইবা সনাগী ঋঞ্জুরী য়ান্থরি। সনা ফিগেনা তুবা মোম্পাক থারি সনা ফিগেনা তুবা মোল অমা থারি নাক য়েংতা থমচেং সাবা মোনচেপ অনি থম্মি সয্যা অচৌবগী মমাংদা থারিবা খূদা কৌবা সয্যাদূস্থ অচৌবদূগা মান্নৈএ। কাংখনদদি য়াওদে অদূদগী ইবেম্মগী সয্যা মাং অদূদা পুস্পমালা থম্মি

চরাকোক তাম্বূল থম্না হাপ্তুনা থম্মি মনিগী মিংসেন অমা থম্মি স্নাগি থাল্লি মনুংদা চন্দোন তেঙ্গোং অমম্মমদা কুম কুম আগোর হরিচন্দোন অসিনাচিংবা তরুগা তেঙ্গোং তোঙাল তোঙাল হাপ্তুনা থম্মি অহূদগী স্নান বেদিদা লাক্লুনা মনম নুংশিরবা থাও থম্মি হৈগ্রু কুপ্পা তরুগা হৈ মহিগা লোইননা ইশিংদা লোইখাইরগা ছানা থাহুনা চুমথোক্লুনা স্নাগি বেল্লি অমদা থম্মি খুজিন সেংনবা হাইহুনা লা মচেৎ অমদা উংনিংথৌনে কর্পূরনে শিন্নহুনা থম্মি। *।। খুজিন সেংদোক্লে আত্মা সখী মঞ্জুরীনা স্নাগি বেল্লি অমদা মনম নুংশিরবা জল হাপ্তুনা ইবেম্মদা লানসিল্লে ইশিং অহুনা ইবেম্মগী শম চায়থরে আত্মা সখীনা কলসদগী ইশিং লোহুনা শ্রীঅঙ্গ চায়থরে হকচাংদা হন্না হন্না চাইথরে নাম্থোক্লে অহূদগী আত্মা সখী মঞ্জুরীগী মরেংবান্দা য়াল্লগা খুদৈ অমোনবা অমনা শম অদূ খোমজিন্দুনা শুমদোক্লে অদুদগী খুদৈ অদূ শেংনা শুমদোক্লে হাঙ্গিরগা শ্রীমুখনা চিংবা হকচাং অহূ সেংনা তৈথোক্লে খাংচেৎ কোংলে নমখাং কোংলে অদূদগী ইবেম্মনা ইরুবদা থোনবা কা অদূ শুমদোক্লে ফোদোক্লে অদূদগী সিংহার মন্দিরদা ইবেম্মা লেংাসল্লক্লে স্নাগী পীঠদা ফম্লে ইবুঙোবু স্মরন তৌদুনা লৈরি ।। *।। মতম অদূদা শ্রীনন্দিশ্বরদগী যশোমতিনা কুন্দলতা থারক্লুনা যটিলাদা ইবেম্মবু চাক থর থোংহন্নু হাইনা যতিলাদা পাও অসি হাইররে তাবদা যতিলানা ইবেম্ম রাধে নং চৎলু হাইদূনা বিদায় পিরে চাক থোংবা লোইরগা কুন্দলতা নংনা ইমো পুরকউ হাইদুনা সিন্নরে। অদূদগী ইবেম্মা ধুপ

কর্পূর মকুপ্প। থাবগী মৈথুনা শম কংহল্লে। শম অদ্ সখীশিংনা মনিগী শমচেং পায়দ্না হাংতোক্লে অদ্গা পূন্সিল্লে শ্রীরূপ মঞ্জুরীনা আত্মা সখী মঞ্জুরীবু য়েংলকই আত্মা সখী মঞ্জুরীনা ইঙ্গিং অদ্ খংজদ্মা স্নানা ফিবম ওইবা মনিংা থাম্বা মনিগী শম জিথেং অমা ইবেম্মগী শমজিদা থেংলে মখোংদা বোকুল পরেং অমা য়েংসিল্লে ইবেম্মনা নিবিবন্ধ সেংচিল্লে অদ্দগী মথক্তা মেঘাম্বর কঞ্চুলিকানা চিংবা সেংচিল্লে। লাইবক্তা অর্দ্ধচন্দ্র িংলেংক থোল্লে নাক য়েংতো কাম যন্ত্র য়েকলে তুংদা বক্ষস্তন য়োরকপদা আত্মা সখীদা ইঙ্গিং পিবকই আত্মা সখীনা ইবেম্মগী বক্ষস্তন অনিমক্তা থম্বাল অমম্মম য়েকই থম্বালদ্গী মথক্তা খোইমু অমম্মম য়েকই। বক্ষস্তনগী মথক খৌরিগী হাইথবা অপাকপা অদ্দা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা য়েকই অদ্দগী নাসিকা কুন্দর নাইন ক্যাম লিকফাং একাবলিহার স্না খুদোপ নচিংবা সিজিল্লে অদদ্গী রসোই ঘরদা লেংসিল্লকুনা স্বর্ণ পীঠদা ফম্মে সন্দেশনা চিংবা পূন্নমক হোরে অদ্ হৌরিভৈদা যটিলানা চংলকুনা তৌরিবসি করিনো হাইনা হংঙি সখীনা খুম্মি ইবেম্মনা চংগ্রবদি হোরেন গুরুজন্না রারগনি হায়দ্না সন্দেস হৌরিবনি হাঙনা খুম্মি যটিলানা ঐগী ইমো অসিদি ওংম্বাক্লা মরম ওকগ্রেদা হাইরম্লগা চংগ্রে অদ্দগী হৌবা লোইরদনা শ্রীকৃষ্ণগী পুনবা অদ্না স্নাগী য়েন্দাই অমদা লা থারগা সন্দেশদ্ হাপ্লে মথক্তা লা অমনা অমুক কুপ্লে লাদ্গী মথক্তা তাম্বূলনে পুষ্পমালানে মখল নাইনা হাপ্লে মথক্তা লা অমা অমুক কুপ্লে স্না ফিগে মতুপ অমনা অমুক কুপলে

অহুদগী ইবেম্মগী নাক্তা পুসিন্দুনা ইবেম্মবু য়েংহল্লি য়াম্না ফবে হায়হুনা নিংথিনা থম্লে অহ্দগী যটিলানা চিংবা গুরুজন্না চানবা হাইহুনা নিংথিরবা স্বপ্ন' থাল্লিদা হাপ্তুনা লানা কুপ্তুনা থম্লে মথক্তা স্না ফিগেনা কুপ্তুনা রোসোই ঘরদা থমজিল্লে। *। অহুদগী ইবেম্মনা সিংহায় মন্দিরদগী মনি মন্দিরদা চংলক্লে স্বপ্ন' পীঠদা ফম্মি চোরোন আত্মা সখী মঞ্জরীনা সেংদোকচরে অহুদগী নাশিকা হাপ্লে কুন্দোর নাইন অনি চিল্লে অহুদগী স্বপ্ন' কপাত্ত ২ গুচ্ছকহার ৩ গোস্তন হার ৪ রত্ন হার ৫ হাসনি ৬ গুঞ্জামালা ৭ একাবলীহার ৮ গজমৌক্তিক লিক পরেসিং অসি সিরে লাইবক্তা শিন্দুর নমলে স্নাখুজি 'অনি খোল্লে লেংদনবা স্নাগী ঝুঠা মপাক্তা নাক য়েংত্তা চপ্লে মেখলা নোপুর শিরে চোরোন্দা য'বোক তৈরে অহুদগী লীলা পদ্ম কোবা খম্বাল অহুগী লৈকা মরক মরক্তা তুলসী মঞ্জরী হাপচিল্লে কস্তুরী অগরমলয়জ মৃগমদ অসিনা চিংবা চন্দোল পুম্নমক চাইশিল্লে থম্বাল অহু ইবেম্মগী খুংত্তা পিরে নমখাং ইন্নবা অমা শ্রীঅঙ্গদা থোল্লে। অহুদগী ইবেম্মগী মাংদা মনিগী মিংশেল অমা থাংজিন্দুনা য়েংহল্লি আত্মা সখী মঞ্জরীনা শ্রীরূপ মঞ্জরীগী খুংয়েং থংবদা চামোর পী শ্রীরূপমঞ্জরীনা য়েং থংঙে। আত্মা সখী মঞ্জরীনা খুং য়েংত্তা চামোর পায়রে ওইনা সন্দেশ হাপ্পা স্নাগী য়েনদাই অহু পাইজরগা ইবেম্মগী ওই থ বদা লেপচৈ নাকয়েং তুংদা ললিতা বিশাখানা চিংবা সখী পুম্নমক য়াওরে অহুদগী শ্রীমতি ইবেম্মনা যাত্রা তোরকপদা মাধবা গোবিন্দ হায়বা নামসি সোল্লদনা ওইথংবা খোংনা হাম্না

থাংদে ক্লক্লে। ইবেম্মনা থোরকপদা যটিলানা লাক্লুনা কুন্দলতাদা হাইরকই নংনা চাকথোংবা লেইরবদি থূনা লাকহল্লু অদুদগী ইবেম্মনা চিংবা সখী পুন্নমক লাক্লে কৃষ্ণগী কথাবু ঙাংনদুনা লাকই কুন্দলতানা পরিহাস তৌরকই হেললীতা শ্রীমতি রাধিকাগী খজাইদা খেগাইরিব। অসি করিনো অদুতাবদা ললিতানা খুমমি ঙরাং নুমিদাংরাইদা বৃন্দাবোন্দা লৈ হেকপা চংখিবদা কায়েন খুজিনগী তিঙ্খংনা পললি হাইদুনা ফীস্থু সেগাইরে হকচাংসু খেগাইরে খজাইসু খেগাইরে কুন্দলতানা খুম্মি কায়েন খুজিনগী মতোনদি তুমমি হনদক্লা তিংখং অসিদি মতোন পাকইনা করিনো রা অদু তাবদা শ্রীরূপমঞ্জরী ললিতা অনিনা আঙ্মা সখীবু য়েংদুনা মমাংঙৈদা ঙাংনখিবা হংলকপদা রাইৈ অসি খুম্মু ঙাংনখি। রারম অদু আত্মাসখী মঞ্জরীদা শ্রীরূপমঞ্জরী ললিতা অনিনা ইঙ্গিং পিরকই আত্মাসখী মঞ্জরীনা হেঅজে কুন্দলতা বৃন্দাবোনদা অহুক কুইনা লৈরবদা বৃন্দাবোনগী তিংখং মচিন অপংবাবু খংদ্রিব্রা হায়দুনা খুম্মি হে আত্মাসখি তিংখং মচিন অপংবদু করম তৌই হাইয়ু অদুদা আত্মাসখীনা খুম্মি হে কুন্দলতা তিংখং মচিল অপংবা অদুগী মপাঙ্গ অদুনা কজবদি ইন্দ্রনিল মনি কৌবা মনি অদুবু ঙমজৈ মনিদগী পান্নিদগী চোংথোকলকপা তিংখং অদুনা কুন্দোপুস্পবু ঙমজৈ অদুগী মতোন্দি পাকই রাইে অসি আত্মাসখীনা খুম্মি অদু তাবদা ইবেম্মনা আত্মাদদি ঙুংঙাই বাহিরদদি ইকাইদুনা লুবু লুকখদুনা চৎলি সখীগন পুন্নমক্লা য়েংদুনা য়েংদুনা নোকই।

অহুম লৌদনা তৌদনা চংলকপনা নন্দিশ্বর য়ৌরে ।। * ।। * ।। (শ্রীকৃষ্ণ প্রান্ত) ।। * ।। নন্দিশ্বরদা যশোদানা মচাবু চেপ্পা চেপ্পা য়েংহুনা লৈরিবৈন্দা পৌর্ণমাসি ভগবতি লাক্কুনা ইবুঙো দর্শন তৌরে। লেংখৎতুনা সখাগোনগা লোইননা সনশংদা সঙ্গোম শুম্বা লেংলক্লে সঙ্গোম শুম্নমদাইদা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মবু উবদা ভূল ওইহুনা যল্লাববু অমোম্নি হাইহুনা খুরৌ লৌহুনা সঙ্গোম শুম্মি অহু উবদা গোপা পুম্নমক নোকই ইবেম্মসু ইবুঙোবু উবদা যুম্বগুম্বা লেপখ্রে ।। * ।।

মত্তাং অসিদা নয়ন সদূক অমনি ।।

অহু উবদা আত্মাসখীনা চংলক্কুনা ইবেম্মগী মাংদা চংসিললকই ইমেম্মনা আত্মা সখী মঞ্জুরীগী মরেংবান পাইহুনা লাকপনা মন্দির য়ৌরে যশোদানা অনৌবা মচা লাকপগুম করাওই কৌসিন্দুনা নিজ মন্দির য়ৌরে রোশোই ঘোরদা চংলক্লে য়োরে ধনিস্টানা ইঙ্গিৎ পিহুনা আত্মা সখীনা স্বর্ণপীঠ অমা থারে জল লৌকহুনা চোরোন সেংদোক্লে অলঙ্কার খর থম্মে লৈরংমৈ হৌগৎলে ইবেম্মনা চাক থোংলে আত্মাসখীনা মৈ য়াংজরে অহুদগী ইবেম্মনা নিংবগী মখৈ থোংঙে আত্মা সখীদা ইবেম্মনা তাকই সঙ্গোম খিরনে লদুনে বেড়ানে তলনে সন্দেস মরিসি অরাইবনী হাইহুনা আত্মাসখী হৌরল্লি চাক য়েন্সাং সন্দেসনা চিংবা পুম্নমক অহু ইবেম্মনা নিংবগী মখৈ থোংবা লোইরে ।। সখীগন পুম্নমকসু মাগী মাগী লৈরং অমম্মম পান্দুনা থোংঙি মহুসু ইবেম্মনা মিংয়েং তাবদা পুম্নক অহু অমৃত ইওই

ওইগে । অদুবু অমৃত ওইরবদি লাই ওইরগনি লাইনংতে মুনিগী রড়নগীনী । ইবেম্মনা সখীগোন্না খোংলিবা অদু য়েংঙিদৈঙদা আত্মা সখীনা ধনিষ্টানা কর্পুর তাম্বুল শিন্নকুরে । রুহিনীদা য়ুমদগী পুরকপা সন্দেশনদু কংলুরে । অদুদগী ইবেম্মা লেংশিল্লক্লে হায়রগা স্বর্ন পাঠদা ফম্মে আত্মা সখীনা চোরোন সেংদোক্লে । অদুদগী আত্মাসখী বৃন্দা মঙ্গা তারে ঘা লুপ্লগা থম্মি স্বর্ন পাত্র অমদা লৈগী পরেং অনিগা তাম্বুলগা হাপ্পুনা থম্মি । স্নাগি সেম্পাক্তা লাগী বৃন্দা অদু হাপ্পুনা থম্মি ।। * ।। ০ ।।

শ্রীকৃষ্ণ মনসংদগী লেংলক্লে নিজ মন্দির য়োরে । গবাক্ষ রন্ধ্র মিক্তংথোংদা ইবুঙো ইবেম্মা অনি নয়ন দরশন ওই ।। * ।। ইবুঙো লেংশিন্দুনা স্নান বেদিদা চাইথরে শিঙ্গার মন্দিরদা লেংসিন্দুনা বেশ তিল্লোক তৌরে । বলদেব মধুমঙ্গোল সুবোলনা চিংবা সখাগা লোইননা (রোসোই ঘরদা) পারোস তৌকমদা লুকহাসংদা লেংসিল্লে অদুদগী রুহিনীনা য়েল্লি ইবেম্মনা কল্লাং রাংমদা লেপ্পুনা লৈ । স্নাগী থাল্লিদা সন্দেস পুম্নমকপু হাপ্পুনা রুহিনীগী মখুংতা পিরে । ইবেম্মগী শ্রীহস্তদা আত্মা সখীনা লান্সিল্লি শ্রীকৃষ্ণনা চানিং চানিংবা অদু ইবেম্মনা স্নাগী থাল্লিদা হাপ্পুনা রুহিনীগী মখুংতা পিশিল্লি । যশোমতিনা চংলক্লুনা ইবুঙো চাও চাও হাই শ্রীকৃষ্ণনা চাবা ঙম্লক্লদুনা অদুদগী রুহিনীনা ইবুঙো ঙসাইগী অয়ুক্তা পুরকপা সন্দেস খর লৈরি খরহাপখিগে হায়দুনা ইবুঙোগী লুকফমদা হাপ্লকই । অদুদগী ইবুঙোনা রসোই ঘোরদা য়েংথোক্লকপদা ইবেম্মনা শ্রীহস্তদা স্নাগি থাল্লি পাইদনা শ্রীবদন

চন্দদা হুমাং মতুম মতুম সিন্ধবা উরবদা ইবুঙোনা লুলুকথহনা প্রেম তৌই। ইবেম্মসু প্রেম তৌই শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক প্রেম তৌনখ্রে। অতুদগী ইবুঙোসু চাবা তোক্লে আচমোন তৌরে চিন তেংথোক্লে খুং হামদোক্লে। অতুদগী ইবুঙো সয্যাদা চেপখ্রে ইবেম্মনা য়ুমদগী পুরকপা কর্পূর তাম্বূল ধনিষ্টানা পুথোক্কুনা ইবুঙোদা কংলে। ইবেম্মসু স্বর্ন পীঠদা ফম্মে আত্মা সখীনা রোরোন শেংদোক্লে ইবেম্মা পোথারে যশোমতিনা চংলক্কুনা ইবেম্মদা রাধে নংদি য়াম্মা ৱাররিগনি নত্তাসিঙ্গা লোইননা চাক চাক্রো রুহিনী ইচেনা পরিবেশন তৌহনা পিজো হাইরকই। অতুদগী ইবেম্মাসু মত্তাসিঙ্গা লোইনহনা চাক চারে ধনিস্টানা ইবুঙোগী প্রসাদি অহু পুরক্কুনা হাপ্লে সখীসিংদহু খর খর পিরে ইবেম্মনা চাবা লোইরে আচমোন তৌরে খুং সেংদোক্লে। অতুদগী ইবুঙোনা হারস্বা অধরা মৃত সেস তাম্বূল ধনিস্টানা পুরক্কুনা পিরে ইবেম্মনা খর কারে সখীসিংসু লৌরে লোইনা চারে ইবেম্মা আসন্দা ফমহনা পোংথারি। অতুদগী ধনিস্টানা কুন্দলতাগা ইবেম্মগা সখিসিং লোইনা পহনা দখিন নন্দবাক নন্দ বোন য়েংঙ্কুসি লৈস্নু হেকউসি হাইহনা খুংশম্মহনা ইবেম্মবু পুরকই। আত্মাসখী মঞ্জুরীনা ঙসাইগী বত্তি মঙাহু স্বর্ন থাল্লিদা হাপ্পুনা স্না ফিগে মচেংনা য়োমহনা লোম্না পুরকই নন্দবোনগী মমুংদা মনিগী মন্দির অমা লৈ মন্দির অহুগী মনুংদা রত্নগী সয্যা অমা থারি ॥ * ।

শ্রীরাধা গোবিন্দ যুগোল সেবা ॥

মন্দিরদুগী মঙ্গুংদা ইবেম্মা লেংশিনখ্রে ইবুঙ্গোসু অভিসার ওইরক্লুনা শয্যাদুগী মথক্তা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনা বিরাজ ওইরে ॥ অরাংদা ললিতা ॥ চিংখৈদা বিশাখা ॥ নোংপোক্তা চিত্রা ॥ মৈরমদা ইন্দুরেখা ॥ মখাদা চম্পকলতা ॥ সক্ষোংদা রঙ্গদেবী ॥ নোংচুপ্তা তুঙ্গবিদ্যা ॥ কৌত্রূলাইজিদা সুদেবী ॥ অসুম্না সখী ৮ম্না কোইরি ॥ * । *

অদুগী মঙ্গুংদা অরাংদা শ্রীরূপমঞ্জুরী ॥ চিংখৈদা আনঙ্গ মঞ্জুরী ॥ মোংপোপ্তা রোস মঞ্জুরী ॥ মৈরমদা রতিমঞ্জুরী ॥ মখাদা গুনমঞ্জুরী ॥ মোইরাং লাইজিদা বিলাস মঞ্জুরী । নোংচুপ্তা লবঙ্গ মঞ্জুরী ॥ কৌত্রূলাইজিদা কস্তুরী মঞ্জুরী ॥ অসুম্না মঞ্জুরী ৮ না কোইনুনা লৈরি ॥ * ॥

অদুদা ইঙ্গিং থংলবা অতৈ সখীনা শ্রীরূপমঞ্জুরীগী ইঙ্গিং উরবদা স্বর্ন থালিদগী পুষ্পমালা লোত্তুনা ইবুঙ্গোগী কেশমদা শিজিল্লে । পুষ্পমালা অমনা ইবেম্মগী কেশমদা সিংল্লে । ইবুঙ্গোগী মুখদা তাম্বূল সেবা তৌরে ইবেম্মগী মুখদসু তাম্বূল সেবা তৌরে । ইবুঙ্গো ইবেম্মা অবেম্মা অনিমক তাম্বূল চারে সখানা বঁটা চম্লগা ললিতাগী মখুংতা পিরে । ললিতনা আরতি তৌরে শ্রীরূপমঞ্জুরীনা যেংবা চনে রপন্ন ওইনা অতৈ সখীনা চামোর খল্লি । অদুগী শ্রীকুঞ্জগী মন্দির তাম্না লেংলক্লে ইবেম্মসু রোসোই ঘরদা লেংলক্লে ॥ * ।

মতাং অসিদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী স্মরনিবু
শ্রীগৌরচন্দ্রনা স্মরনা তৌখিবা প্রাকলিনা ॥ * ॥

(মতাং অসিদা তোল্লবা মনিনা শ্রীরাধা গোবিন্দ খুরূমজৈ)

( শ্রীগৌরকিশোরাষ্টকম ) ৩

শ্রীধাম মায়াপুর দিব্য-গূঢ়-মাহাত্ম্য গীতোন্মুখরং বরেন্যম্।
ধন্যং মহাভাগবতাগ্রগন্যং বন্দে প্রভুং গৌরকিশোর-সজ্ঞম্।। ৩।।

পূর্ব্বাহ্নদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা ভক্ত খিবিক্কা লোইননা য়ুম য়ুম চংঙক্তুনা হরি সঙ্ক তোন তৌই। অসুম তৌনা চৎলকপা অহুনা গঙ্গামপান আরাম বোন্দা চংলক্তুনা ভক্ত খিবিক্কা লোইনজুনা পোথাই। শ্রীকৃষ্ণগী কথাবু আলাপ তৌজুনা লৈ।। মতাং অসিদা গৌরচন্দ্রবু অহং স্মরামি।। পূর্ব্বাহ্নকাল সম্পূর্ন।।*।।

(মতাং অসিদা তোল্লবা মনিনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু খুরূমজৈ)

শ্রীরাধা গোবিন্দ পূর্ব্বাহ্ন লীলা

( পূর্ব্বাহ্ন কালীয়ভজন )

পূর্ব্বাহ্নে ধেনুমিত্রৈ বিপিনমনুসৃতং গোষ্ঠলোকানুযাতং কৃষ্ণং
রাধাপ্তিলোলং তদভি সৃতি কৃতে প্রাপ্ততং কুণ্ডতীরম্।
রাধাঞ্চালোক্য কৃষ্ণং কৃত গৃহগমনা মার্য্যয়ার্কাচ্চর্নায়ৈ
দৃষ্টং কৃষ্ণ প্রবৃত্তৈঃ প্রহিত নিজসখী বর্ত্মনেত্রাং স্মরামি।। ৩।। *।

পূর্ব্বাহ্নদা শ্রীকৃষ্ণনা সন সেনবা চৎকদবগি যশোমতিনা বেশ অলঙ্কার তৌরেনন্দযশোমতিগী মাংদা কৃষ্ণনা জগোই সারে নন্দ যশোদা অনিস্থু আনন্দ ওইরে কৃষ্ণস্থু সখাগোনগা লোইননা মনসেনবা চৎলক্লে। নন্দনাচিংবা গোপগোন অমস্তং অনুবর্জি তৌই বোট বৃক্ষ মখোং য়ৌরগা নন্দনাচিংবা গোলগোনসিংহুগা

বা কয়া ওাংনৈ য়াবমখৈ ওাংনরগা হল্লক্লে। বা ওাংনবা য়াদবা গোপীমখৈনা মিংকা মিংকা য়েংহুনা য়েংহুনা হল্লকই। শ্রীমতিনা যশোমতিবু খুরম্নি ;ননাই ঐখোই চৎচরগে হাইহুনা। যশোমতিনা রোহিনী ধনিষ্টাবু য়েংহুনা মনি আভোরোন পুথোরকউ হাই। আভোরোনদি করম্বনো হংঙি। যশোদানা ঐনা ইচানিপা পোকই ইমৌ লাকনি লাক্লগা সেংনবা হাইহুনা লাংহুনা থম্বা অলঙ্কারনি মমন য়াম্না পিগ্রবনি মনি অলঙ্কারহু পুথোরকউ ইবেম্মবু সেংহল্লু হাইহুনা সেংহল্লে। অয়ুক সেংপা আভোরোন্দুনা ধনিষ্টানা য়োমশিন্দুনা কিশাস্তদা ওন্নরকপা ম্না ফী অশংবা য়াওনা য়োমশিনখ্রে অহুদগী ইবেম্মা যশোমতিবু খুরম্নি। যশোমতিনা ইবেম্মবু তম্পাক্ত শমখৎলগা শ্রীমুখবু হন্না হন্না চুবোন তৌই লাইবক্তস্থ। হন্না হন্না চুম্বোন তৌই ইবেম্মনা যশোদা রোহিনীনা চিংবা খুরুম্বা য়াবা মখৈ খুরুম্নি য়াদবা মখৈ কোনবা ইবেম্মা যাত্রা তৌহুনা থোরক্লে। ধনিষ্টানা য়োমখিবা অহু মনিগী য়েন্দাইদা-হাপ্তুনা আত্মা সখীনা, পুরকই অহুদগী বিশাখানা চিংবা মত্তাশিংগা লোইনহুনা শ্রীকৃষ্ণগী কথা আলাপ তৌহুনা লাক্লে। শ্রীরূপমঞ্জরীনা মাংদা থাদনা লাকপদা শ্রীকৃষ্ণগী কথা আলাপ্তা ইবেম্মনা রোসগার ওইরে। অহুদগী খ'বোং ম্নৌরে ইবেম্মনা যটিলাবু খুরুম্নি ইবেম্মনা সেংলিবা অলঙ্কার অহু উবদা ইঙক ঙকই যটিলানা কদাইদগীনো হংই। কুন্দলতানা খুম্নি ইবেম্মনা চাকথোংবদা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না পাম্না চায় হাইহুনা যশোমটিনা পেল্লহুনা মনিগী অভোরোন

পিরকই যশোমতীনা নিতিগী খর খর থোংবিযু হাইরকই। অতুদগী যটিলানা স্বয়ংপুজা থেংপ্লে চৎলো হাইহনা বিদায় পিরে। ইবেম্মা নিজ মন্দির য়োরে ইবুঙোদা কৎনবা লৈপা কর্পূর তাম্বুলগা পিহনা তুলসী কস্তূরী থাখি মতাং অসিদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিককী স্বরনিবু গৌরচন্দ্রনা স্মারন তৌখিবা পূর্ব্বাহ্নগী লিলা লোইরে ॥ * ॥ * ॥ ইতি

( মতাং অসিদা তোলবা মনিনদে শ্রীরাধা গোবিন্দ খুরুমজৈ )
শ্রীগৌরচন্দ্রনা মধ্যাহ্নদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিবু স্মরন তৌই ॥ * ॥

( শ্রীগৌরাঙ্গ অষ্টকাল )

পুত্রাবধুত ব্রজ-শ্রী সর্বস্বং শ্রীরাধিকা কৃষ্ণ-নিগূঢ়-ভক্তম্ ;
সদা ব্রজাবেশ-সরাগ-চেষ্টং বন্দে প্রভুং গৌরকিশোর-সংজ্ঞম্ ॥ ৪ ॥

মধ্যাহ্নদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা আরাম বোন্দা ভক্তসভা পুষ্পবকা লোইননা কোনবিহার ফাগুখেনদোল লীলা মধুপান অসিনাচিংবা লীলাবু সান্নহনা বোনগী মঙ্গুংদা লৈ। অতুদগী মন্দিরদা চংলহনা শয্যাদা চেপ্লে কনাগুম্বা ভক্ত অমনা পাদ সম্বাহন তৌহনা লৈ। * ।

নিকুঞ্জ মন্দিরহুগী অরাংদা স্বরূপ দামুদোর ॥ চিংখৈদা রামানন্দরাই ॥ নোংপোক্তা গোবিন্দ নন্দ। মৈরমদা বক্র রামানন্দ ॥ মখাদা বসুধানন্দ ॥ যক্ষেংদা গোবিন্দ ঘোস ॥ নোংচুপ্তা মাধব ঘোস ॥ কৌব্রুলাইজিদা বাসুদেব ঘোষ ॥ * ॥ অসুম্না অষ্টমহন্তনা কোঈরি।

(মশুংচনব) উত্তরে শ্রীরূপগোস্বামি ।। চি থৈদা লোকনাথ গোস্বামী ।। নোংপোক্তা রঘুনাথ ভট্ট গোস্বামী ।। মৈরবদা রঘু নাথ দাস গোস্বামী ।। নমদা গোপাল ভট্ট গোস্বামী ।। সঙ্কোংদা শ্রীজীবগোস্বামী ।। লোংচুপ্তা সনাতন গোস্বামী । কৌত্রু লাইজিদা কৃষ্ণদাস গোস্বামী । অষ্ট গোস্বামী নিপানসিনা মাইগৈ নিপান-মক্তা লৈজনা থৌগল তৌরি । শ্রীগৌরচন্দ্রনা শয়ন তৌরুবদগী হোগংলক্লে । ভক্ত খিবিক্তা লোইনত্তুনা গঙ্গাদা কুনত্তুনা জল কেল্লি সাম্মর । লোইরত্তুনা ভক্ত খিবিক্তা লোইনত্তুনা কারক্লে বেশ ভূষণ তৌরে থৈন্য ভোজন তৌরে আচমন তৌত্তুনা তোকক্লে শয্যাদা চেপক্লে গোস্বামীনচিংবা ভক্ত পুম্নমক্তা লোইনত্তুনা গৌরচন্দ্রগী অথবা মতবু য়েংনত্তুনা চারে লোইরে প্রভুস্থ ডাহাক চেপলুরে তায়রগা হোগংত্তুনা ফম্মে অত্তুদগী স্বরূপ দামুদরনা আরতি তৌরে । শ্রীরূপ গোস্বামীনা চামোর থৌগল তৌরে অত্তুদগী পাছ খেলা সান্নরে । স্বয়ং পুজানচিংবা লীলাবু পুম্নমক সান্নরে লোইরে । শ্রীরাধাগোবিন্দগী লিলাবু স্মরণা তৌত্তুনা সান্নরিবা শ্রীগৌরচন্দ্রবু অহং স্মরামি ।।(শ্রীগৌচন্দ্রগী মধ্যাহ্ন লিলাবু মসিদা লোইরে)।। — ।। —

(মতাং অসিদা তোল্লবা লনাই মনিনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভু খুরুমজে)

শ্রীরাধাগোবিন্দ মধ্যহ্ন লীলা স্মরন তৌবা ।

( চতুর্থযামসাধন মধ্যাহ্নকালীয়ভজন )

শ্লোক । মধ্যাহ্ন লীলা সূচনা মধ্যাহ্নেহন্যোন্য সঙ্গোদিত বিবিধ বিকারাদিভূষা প্রমুগ্ধৌ বাম্যোৎ কণ্ঠাতিলোলৌ স্মরমখ ললিতাদ্যা লিনর্ম্মাপ্তশাতৌ । দোলারণ্যাম্বু বংশীহৃতিরতি মধুপানার্ক পূজাদি লীলৌ রাধাকৃষ্ণৌ সতৃষ্ণৌ পরিজন ঘটয়া সেব্যমানৌ স্মরামি ।। ৪ ।।

শোল্লগা পোং ওইনা হান্না থাংতুনা লাক্লে সখীমঞ্জুরী গম্না থোগল্লকই। সুর্য্য পুজাগী যাত্রা তৌদুনা লাকপদা কৃষ্ণগী কথাবু অলাপ তৌদুনা লাকপসিনা সুর্য্যগী মন্দির যৌরক্লে। ইবেম্মনা সুর্য্য মন্দিরদা চংলে। কুঞ্জদা কংনবা সন্দেস তাম্বুল পুষ্পমালা পোৎচৈ অতুনা থম্লে। সুর্য্য পুজাগী পোং অতুনা কুঞ্জদাসিনিগী মথুংতা সিন্নরে কুঞ্জগী পুষ্প ৰ লানা চিংবাতু আত্মাসখী মঞ্জুরীনা পুৰকই। অতুদগী ইবেম্ম অমুক লেংথোরক্লে অতুউবদা রাকোংগী মরূপা ইবেম্মগী মাংদা জগোই সাই ইবেম্মানা তোমানগী মজোন্দা রাংকোংনা জগোই সাবা উবদা শ্রীকৃষ্ণনি হায়না নিংজুদুনা প্রেম তৌই চেংবেন পাংবা হাদে অতুউবদা আত্মাসখী মঞ্জুরীনা ইবেম্মগী মাংদ চংলক্লে ইবেম্মনা আত্মাসখী মঞ্জুরীগী লেংবান্দা পাংদুনা চংলকই অতুম তৌদুনা চংলকপনা রাধ কুন্দ যৌরমদাইদা বৃন্দা দেবী উনরে শ্রীকৃষ্ণগী কথা আলাপ তৌনৈ। ॥

অতুদগী লেংজকপদা রাধা কুন্দ যৌরে রাধাকুন্দগী অবাং থংবা তোমালমথাংদা ইবুংঙো নৈমক্লে ইবুঙো সু ইবেম্মসু অনিমক দরশন ওইনরে অতুদগী ইবুংঙোইবেম্মা শ্রোকাপ মঞ্জুরীনা চিংবা ললিতা বিশাখা মতাসিংগা লোইননা বোনবিহার তৌখ্রে আত্মাসখী মঞ্জুরী। পুৰকপ তাম্বুল সন্দেসনা চিংবা পুন্নক অতু রাধা কুন্দগী অরাং থবদা নৈমা লবঙ্গ সুখদা কুঞ্জদা থম্লে। হোৱেন ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক্লা বোনবিহারদগী মল্লাক্ল হাইরগা বসন্তগী কাণ্ডখন শাম্নবা হাইদুনা সানফম অতুদা চাসিল্লকুনা আত্ম সখীনা সুন্ন কলস অমদ আবের মহি থিংতুনা থম্ম সুংগী পিচকারিগা

লোইননা থম্মে দোল সাম্নফমদা চংলক্‌কুন দোলগী খোঙ্গীবু কল্লিবর্‌ শোল্লবদা য়েংই খৌরা অহুদা কাত্রংনা ভাগি বৃন্দাবোনগী রচনানি ।। আত্মাসখী মঞ্জরীনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিমক অসিবু মকম কৈদা সোইখিগদগে হাইনা যোজোন তৌরাবা অমুইরা বৃন্দা দেবীনা থাগৎলি বৃন্দা ঐমক্না ইবুংঙো ইবেম্মাগী কৈদা সেউদিগদগে হাইদুনা অমুক কয়া তোংনবা অসিদগী অত্মাসখী মঞ্জরীনা ইবুংঙো ইবেম্মাগী সেবা থৌগল তৌবনা মহেক্লি ওন্থোক্লা প্রেম লৈবা থেক্লি হায়না বৃন্দা দেবীনা থাগৎলি অদুদগী দোলগী মথক্তা কাত্রংগী মোন্দুম মোক্তেক থাম্লিবা অদু আত্মাসখীনা সনাগী ফীগে মচুপ অমনা কয়োকই ফংজবা পুম্নমক সেমজাল্লি। শ্রীরাধা কুন্দগী মনুংদা লৈরীবা মন্দিরঅদুগী মমিংদি অনঙ্গ রঙ্গ সুখস্থল কৌই। মন্দির অদুগী য়ুম্থাদি স্ফটিক কৌবা মনি অমনা ওই য়ুমথাক্কী মনি লৈতে অহুমি য়ুম্নী অদু য়ুংদেব্রা বায়বস্থ য়ুংভি মন্দিরদুগী মনুংদা ঈশিংস্থু চংদে দারী বাংনস্থু থোন্দে য়েংবদি ঈশিংগা দারিগা মানিএ মনি মন্দির অদুগী অরাং থংবা লবঙ্গ সুখদা কুঞ্জগী মথাথংবা অনীমকী মরক্তা সেতু বন্ধ লম্বা অমা সেম্মী লম্বীদুগী মথক্তা সনাগী ইঙ্গিশিংলি ইবুংঙো ইবেম্মানা চংপদা পুম্নমাগনী হায়দুনা আত্মাসখী মঞ্জরীনা ইঙ্গীদুগী মথক্তা ফী অরাংবা অমোনবা অমা থারে অদুগী মথক্তা কী অঙৌবা অমোনবা অমা থারে ।। মন্দির অদুগী মনুংদা থাম্লিবা শয্যা দুগী মখোংদা ইন্দ্রনিলমনি বৈদুর্য্যমনি স্ফুতিক মনী অসীনা মখোং ওইরী পদ্মরাগ মনিনা উপাক ওইরী পদ্মরাগ মনীনা মমড়া ওইরি কাংখোন্দুগী মথক্তা সনাফীগেনা তুবা মেম্পাক থারি অদুগী মথক্তা মোন্দুম মোনচেপ থারি নাকয়েংতা সনাফিগেনা

তুবা মোনচেপ অনি থারি শয্যাতুগী মথক্তা অঙৌবা ফীনা তুবা কাংখল খল্লি কাংখল অতুগী মথক্তা অঙোবা ফীনা হেতুনা কিক্তং খল্লী ।। কাংখল অতুগী চুথেক মরিমক্তা সনানে মনিনে পোহ'ন্নে অহুমসিনা তিন্দুনা সাবা ঝিক্কুরীতুনা য়াইন্থে। শয্যা-তুগী মাইগৈ মরিদা থর লাপ্তক্না পাংখা মরি য়াল্লি মনিমুক্তাগ কাব্রংগনা ফিকম ওইতুনা তারগা থৌরিতুনা মরি ওইরী। শয্যা অচৌবা তুগী মাংদা শয্যা মচা অমা থারী মাতুদী কাংখল য়াওদে খম্মে সনা ফীগেনা তুবা মোম্পাক থারি কাব্রংবা তুবা মোন অমা থারি নাক য়েংতা মোনচেপ অনিথারি। শয্যাতুগী মাংদা মনিগী মিশেন অচৌবা অমা থারী স্বর্নপীঠ অমা থারে অতুগী মথক্তা সনাগী থাকোকনচিংবা পুষ্পমালা পুন্নমক থম্মে অতুদগী নিংথীজরবা অতুদগী নীংথীজরবা স্বর্নপীঠ অনি থারে অতুগী মথক্তা ফী অঙৌবা অমোনবা অমম্মম থারে। ইবুঙো ইবেম্মনা থোম্নবা হাইতুনা লং অকুপ্পনা কুনা য়ৈসিনতুনা শাবা ইবুঙো ইবেম্মগী খাংচেৎ নমথাং অদু পীঠ অমম্মম থম্মী সনাগী খুজাই অমদা অমৃত হাপতুনা থম্মে। সানা অমনা কুপসিল্লে চিল তোংথোক্নবা হায়তুনা মনম মুংশীরবা জল অদু সনাগী খুজাই অমদা হাপতুনা থম্মি সনাগী চিনকুপসেন থমলে।। * ।।

ছন্দকী আত্মাসখী নংনা লবঙ্গ সুখদা কুঞ্জনে মদন সুখদা কুঞ্জনে অনিসিনা চিংবা কুঞ্জসিদি সেম্ব য়াদ্রব্রা হায়গনি। মাগুম্ সেম্বা য়াই অদুদা আত্মাসখী ঐতনা অনঙ্গ রঙ্গ মুক্সস্তন কৌবা মন্দির অসিবু পামজগ্রব্লুবা ননাই ঐনা সেমজগ্রবনি।

আত্মাসখী সুদেবী চংশক্তমা সনাগী ইশি, মথক্তা কালিচা ফীদা অমথাই অহুগী মপাল অকোইবদা মনিনা ফিকম ওইবা সনানা থাস্ব ফীদানী। মাহুগী মথক্তা সনাকিগে অমোনবা অমা থুপহুনা থাই। ইবেম্মগীসু সনাগী অমোনব অমা থই থুপহুনা অহুগা পাছাখেলা সান্নবা হায়হুনা আত্মাসখীনা লায়ুম ফিদা অমা থারে। ইবুঙোগী পোনা সীনী ইবেম্মগী পোনা সিনী হাইবা অনিহু থাইগোক্তুনা থম্লে।

আত্মাসখী মঞ্জরী শ্রীরাধা কুন্দগী মহুংদা লৈরিবা মন্দির মগুংদা চংলক্লো। শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীমকসু বোলবাহারদগী হল্লক্লে ফাগু থল থাম্নরে ইবুঙোগা ইবেম্মাগা অনির্না ফাগুখেল সান্নবা লোইরে হ য়রগা অনীনা দোল্লীলাগী কুঞ্জদা চংশিল্লক্লে। ইবুঙো ইবেম্মা অনিমকপু সখীগোল্লা দোলগী মথক্তা থাম্নল্লে মহুদা শ্রীমতী ইবেম্মনা সখীসিংসিং হায়গদৌরি হায়বা ইঙ্গিং উরহুনা ইবুংঙোগী খ্বাংদা কোল্লে। ইবুঙোসু ইবেম্মবু কোন্সিল্লে হায়রগা শ্রীমুখবু হন্না হন্না চুম্বোল তৌই। অহুদগী শ্রীরাধা গোবীন্দ অনিমক দোললিলা বংশিহরন্না চিংবা সান্ন.র। অহুদগী নবগ্রহ পুজা তৌরে সান্নরে। দিগপাল সান্ন.র অহুদগী শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্তা শ্রীরাধা কুন্দগী মনি মন্দির ভান্ন লোংশিল্লক্লে। য়েৎ-থংবা স্বর্ন পীঠ মথক্তা ইবুংঙোনা ফম্লে। ওই থংবা স্বর্ন পীথ মথক্তা ইবেম্মনা ফম্মে অনীমক্তা লীলা সান্নরুবগী হুমাংসোবা অহু উরবদা আত্মাসখীনা হুমাইপাম্নহুনা থোগল্লে। ইবুঙো ইবেম্মা অনীমক্তী

শ্রীঅঙ্গনা ইংথরকপা অদু উরবদা আত্মা সখীনা ইবুঙোগী চোরোন সেংদোক্লে। অদুদগী ইবেম্মগী চোরোন সেংদোক্লে। আত্মাসখীনা ইবুঙোগী থাংচেৎ অমা লান্সিল্লে। ইবেম্মগীসু থাংচেৎ অমা লান্সীল্লে অনিমক্না থাংচেং হোংবা লোইরবদা ইবুঙোদা অমৃত লান্সিল্লে ইবুংঙোনা অমৃত থক্লে। ইবেম্মাসু অমৃত থক্লে ইবুঙোসু ইবেম্মসু চিল তেংথোক্লে। ইবুংঙোগী শ্রীমুখ শুদ্ধি তাম্বূল ইল্লে ইবুঙো ইবেম্মা অনীমক তাম্বূল হাবা লোইরে অদুদগী অমৃত থকপগী আনন্দ ওইরে। অউদুবদা আত্মা-সখীনা কাংখল হাইদোক্লগা ইবুঙোসু সয্যাদা চেপক্লে ইবেম্মসু সয্যাদা চেপক্লে। আত্মাসখিনা চিংবা পুন্নমক মাগী মাগী কুঞ্জদা চংদুনা চেপক্লে। অদুদগী ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা নিত্তিগী লীলা অস্বাদোন তৌক্লে। ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী শৃঙ্গাররসগী অরাবদু উবদা আত্মা সখীনা হুমাই পাংখাগী শরি পায়দুনা অনীমক্কী খোগল তৌই। অনিমক্না আনন্দ প্রেম সাগরা বরদা লুপখিবা অদু উবদা আত্মাসখীনা ইবুঙো ইবেম্মাগী মাংদা খুউপদক লৈতানা কুম্নে সখুৎ অনি লোনদুনা প্রার্থনা তৌক্লে। * । হে রাধে হে মদনমোহন মমপ্রান সমর্পীলু। আত্মাসখী ঐগী প্রান মঙাসে অনিমক্কী চোরোন্দা কৎচরি। রাত্রি অনি হায়রগা অদুদগী সখীগণ লোইনরদুনা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা কুন্নক্লে হায়-রগা জলকেলি সান্নরে। চক্রপাক ভানু থঙ্গোংগী মরনবু লুংতোবা নিলপদ্ম অশংবা থম্বাল লাকই। অদু উরবদা হেমাঙ্গ সনাপী থম্বালনা নিবারোন তৌখি। অসিগুম্বা লিলা অসিবু সান্নরী শ্রীরাধা

কুন্দগী মচুংদা। অসুম্না সান্নরিবৈণ্ডগী মচুংদা অত্মা সখী মঞ্জুরীনা মনম নুংশীরবা থাও পুখোরকই হৈগ্রনা কুপ্না তকখাইরগা হৈমহিগা অনীতু তিন্নয়ে সানা থাহুনা চুমথোক্লগা সনাগী বেল্লি অমদা হাপত্তনা পুরকই। অক্কুদগী আত্মাসখীনা আনন্দ সুখদা কুঞ্জদা চংশক্লগা স্বর্ণপীঠ অনি থায়ে অতুগী মথক্তা ফী অমোনবা অনি থারে। মাতুদা মনিগী মিংসেল অচোবা অমা থম্মী। মনিনা থাম্না সনাগী শমজেং অমা থম্মি। সনাগী থালি অমদা কর্পূর ত্তোংলবা ত্তোংলবা ধূপ আগোর থম্না থম্লে। অতুংগী ঈবুঙোগী থাংচেং সনাফীগে অমা থম্মী। ইবেম্মগী নিবি বঙ্ক মেদাম্বর কাঞ্চুলী অসি থম্লে। ইবুঙোনা পদ্মাসোন ওইনা ফম্নবা সনাফীগে মতুপ অমা থাবতুনা থম্মে। ইবেম্মগীসু ওই থংবদা সনাফীগে মতুপ অমা থাযে। ইবেম্মনা যুমদগী পুরকপা সন্দেসনা চিংবা লডু বেড়া পুম্নমক অতুম্ত পুনশ্লক্লে। বৃন্দাদেবীনা লাংডম্লিবা অতুম্ত পুসিল্লক্তুনা থম্লে। স্বর্ন থালি অমম্মদা মথল মথল হাপ্তুনা লা। অমম্মন্না কুপসিল্লতুনা লাতুগী মথক্তা সনাফীগে মতুপ অমনা কুপসিল্লে। সনাগী ঝাড়িনা মনম নুংসিরবা জল হাপতুনা থম্লে মথাদা লাং অমথাই। মথক্তা লাং অমা কুপসিল্লে সনাগী চিনকুপসেন অমা থম্মি। লাং অদুদা সনাগী থরিক্তা পজেং অমা থম্মি। মতু লোইরগা মন্দির ভান্না চংশিল্লক্লে। আত্মাসখী সয্যা সেম্মী মোন থাবে নাক যেংত্তা থনচেং শাবা মেংচেপ থারে অতুগী মাংদা স্বর্ন পীঠ অশাংবা অমা থারে। মথক্তা সনাগী থ কোক্তা তাম্বুল থন্না হাপ্তুনা থম্মী। নাক্তা স্বর্নপীঠ

অমা থারে মথক্কে। সনা কীগে অমা থারে। অচুগী মথক্কা সনা কীগে অমা থারে মথক্কা সনা খুদোপ অমম্মম অনি থম্মে। সনা খুঞ্জি অনি থম্মে সনাগী মুঠ মপাক লোইননা। অচুগী নাক্কা ইবেম্মগী সনাগী নাশিকা অনি সনাগী কুন্দোর নাইন অনী থম্মে। মনিহার ক্যাংশিকফাং একাবল্লীহার মেখলা নোপুর অসিনচিংবা থম্লে। ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা হোরেন লাইবক্তা নম্ননবা হাইদুনা সিন্দুর থম্লে। খোংদা তৈভনবা যাবোক থম্লে থাংচেৎ অমা। লেংযান অমা খুদৈ অনি থম্লে। অচুদগী শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিস্থ জল্লকেল্লি সারবা ওক্লদুনা কাখৎলক্লে। অচুদগী ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক থাউ তৈভরে তৈলুজরে সখীগনগা লোইনদুনা ইবুঙো ইবেম্ম অনিমক্কা শ্রীরাধা কুন্দদা অমুক স্নান ভৌরে। আত্মাসখী মঞ্জুরীনা চংলক্লুনা ইবুঙোগী শ্রীঅঙ্গ অমোনবা ফী অমনা নাস্থেকচৈ অমুক হন্না ইশিংনা চাইথৈ। খুদৈ অমনা ইবুঙোগী শম সেংদোক্লে খুদৈ অমমা কংনা শুমদোক্লে। শ্রীঅঙ্গ তৈভথোক্লে চোরোন ফাওবা থাংচেৎ হোংলে। ইবেম্মগীসু শ্রীঅঙ্গদু হন্না হন্না নাস্থোক্লে হন্না হন্না চাইথরক্লে শম অচু খে মজীন্দুনা শুমদোক্লে খুদৈ অমনা অমুক হন্না শুমদোক্লে শ্রীঅঙ্গ তৈভথোক্লে থাংচেৎ হোংঙে। ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক্কা আনন্দ সুখদা কুঞ্জদা লেশিল্লে। স্বর্ণ পীঠদা ফম্লে ইবুঙো ইবেম্মগী শম অচু সনাগী সেম্পাক্কা হাপ্লিবা ধূপ আগোর অচু মৈথাদুনা মনিম্না শম কংহল্লি শ্রীঅঙ্গ কংহল্লি। ইবুঙো সনা ফীগে থাংচেৎ হোংঙে। ইবেম্মগী নিবিবন্ধ মেঘাম্বর কঞ্চুলীকা শ্রীঅঙ্গদা খোম্লে। সখীগন চংলক্লুনা ইবুঙোগী শবহাৎতোক্লে হায়রগা

শম অদু পুন্সীল্লে। ইবেম্মগীসু শমজীদা শ্রীরূপমঞ্জরীনা মনাগী শমজীথেং অমা থেংচিল্লে পুষ্পমালা অমা য়েংসিল্লে। ইবেম্মগী সখী গোল লোইনত্তুনা ইবেম্মনা নিংবা অদুকী মথৈ ইবুঙোগী লাইবক্তা চন্দোল খিল্লী শিরাগী নাক য়েংতা নিংথীজরবা পুষ্প-গী মরোং মাম্না য়েকই। অদু লোইরগা ইবেম্মনা আত্মাসখী য়েংদুনা ইঙ্গিং তৌই। অদুদা আত্মাসখীনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চংলক্তুনা বক্ষস্তন্দা ইবেম্মগী শ্রীমূর্ত্তি য়েক্লদুনা ডালহল্লী। ইবুঙোগী বক্ষস্তন্দগী ইবেম্মগী শ্রীমূর্ত্তিবু আলিঙ্গন তৌই হন্না হন্না চুম্বন তৌই। শ্রীকৃষ্ণনা আত্মাসখীগী নঙ্গন্দা হন্না হন্না নানবীখী ইবেম্মদা লৈবা প্রেম অদুগা মামনা আত্মাসখীদসু প্রেম হাপ্পিখী।

করিগীনো হায়বদা মাবু ইমেম্মনা থাংচেং অমনবা নির্ম্মল্য পীদুনা সেংহনবা অদুদা ইমেম্মগী অঙ্গগন্ধ নম্বা পকপা অদুনা ইবুঙোনা য়াম্না প্রেম লৈবী। অদুগী তুংদা ইবুঙোনা ইবেম্মগী লাইবক্তা ক্রিয়োক তৌবিরে। অর্দ্ধচন্দ্র কোবা তিলোক অদু থিল্লী। অদুগী নাক য়েংতা কামচন্দ্র য়েকই। ইবেম্মগী কুচ অনিদা নিংথিজরবা থম্বাল অনি য়েকই থম্বাল অদুগী মথক্তা খোইমু অমম্মম তোংদুনা অমৃত চুপই। অদুদগী আত্মাসখীনা চংলক্তুনা ইমেম্মগী কণ্ঠগী মখা বক্ষস্থল মন্দলগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি য়েকই। অদু লোইরগা ইবুঙোনা আসোনগী মথক্তা পদ্মাসোন ওইদুনা ফম্লে। ইবেম্মনা পুরকপা সন্দেস পুম্নমক পুসিল্লক্লে। বৃন্দাদেবীনা লাংঙম্বা উপহার পুম্নমক অদুসু ইবেম্মনা পরিবেশোন তৌরে। ইবুঙোনা হায়রে অপাম অপাম্বা লৌদুনা লৌদুনা অম্বন্না ইবেম্মনা হাপ্পুনা হাপ্পুনা

হাত্তিয়ে। ইবুঙোনা ওক্রুহনা আচমোন তৌরে। স্বর্ণখরিফা লৌহনা আত্মাসখীনা ইবুঙোগী শ্রীহস্তদা পিরে। ইবুঙোনা মায়ক খিন্দোক্লে লোইরহনা চিল তেংথোক্লে। ঝারিদগী জল লৌহনা আত্মাসখী মঞ্জরীনা ইবুঙোগী খুৎতা থারে খুৎ সেং-দোক্লে। খুদৈ অমা লান্সিল্লকুনা খুৎ তৈথোক্লে। অহুদগী সয্যা মাংদা থারিবা আসোন অহুদা চংলক্কুনা ইবুঙোনা ফমে। আত্মাসখীনা ইবুঙোগী মুখস্তব্ধিগী এলাচি কর্পূর তুলসী মঞ্জরী অসি পিরে হারে। তাম্বূল হারে অহুদগী শ্রীকৃষ্ণনা ইঙ্গিৎ পিরকুনা ইবেম্মনা চিংবা সখীগন্দা ইবুঙোগী আধরামৃতনা চিংবা সন্দেসবু আত্মাসখী মঞ্জরীনা পরিবেশন তৌই। ইবেম্মনা অপাম্বদু চারগা আচমোন তৌরে ঝারিদগী জল অহু লৌহনা খুৎ সেংলে খুদৈ অমা আত্মাসখীনা লান্সিন্দনা খুৎ তৈথোক্লে। লোইরবদা ইবেম্মবু পুরকুনা ইবুঙোগী ওইথংবা সয্যা আসোন্দ কমহল্লে। ইবেম্মগী মুখ সুদ্ধিচিল সেংনবা লান্সিল্লে অহুদগী ইবুঙোগী অধর তাম্বূল শেষতু ইবুঙোনা ইবেম্মগী শ্রীমুখদা চিনগা চিনগা থেংননা ইনবিরে। শ্রীকৃষ্ণগী মুখদসু অমুক হন্না আত্মাসখীনা তাম্বূল সেবোন তৌই। ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক তাম্বূল চারে অহুগীদু তুংদা ললীতানা বর্তি চন্নহনা আরতি তৌই। শ্রীরূপ মঞ্জরীনা রেংবা চামোর খল্লি আত্মাসখীনা ইওদা খল্লি ইবুঙোনা সয্যা মচাদা চেপখ্রে ইবেম্মসু ইবুঙোগী ওইদা চেপখ্রে। শ্রীরূপ মঞ্জরীনা ইবেম্মগী সেবা তৌই। আত্মাসখীনা ইবুঙোগী সেবা তৌই। অতোপ্পা সখী অমনা

মনিগী বিংশেন পায়রুনা থোগল তৌই। সখী অমনা খাসেন পায়রুনা ভাইজরী। শ্রীরূপ মঞ্জুরীনা চামোর পায়রুনা য়েংত্তা থোগল তৌজরী ওইদা আত্মাসখীনা চামোর পায়রুনা খোগল তৌজরী ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক লেংখৎলে হায়রগা সুদেবী সুখদা কুঞ্জতাম্না লেংলক্লনা পাছা খেল্লা সান্নরে। ইবুঙোনা সুরঙ্গ হায়বা সনাগীসঙ্গী লাবা অসি থারে হাই। ইবেম্মনা ঐগীসু রঙ্গীনী হায়বী সনাগী সঙ্গী অমোম অসি থারে হায়রুনা থানরে। ইবুঙোনা ঙম্মে হায়রুনা রঙ্গীনীবু মধুমঙ্গলনা ফংহুনা ইবুঙোগী নাক্তা থম্মে। অদুদগী ইবুঙোনা চন্দক্রী বংশী থারে হাইহুনা থারে। ইবেম্মনা ঐগীদী একাবলী হার থারে হাইহুনা থারে। অসুম তৌনহুনা সান্নরে অদুদগী আত্মসখীনা ইবুঙোগী মুখদা তাম্বুল ইল্লি। খর হন্দোক্লগা হুমাই থোগল তৌহুনা লৈরে। অহানবদা ইবুঙোনা ঙম্মী। ঙমখীবত্ত ফংভাইত্তহুনা ইবেম্মনা পোঃ থোক্লবাযৌবোর ছল্লকপদা পোঃদী থোকখীদৌরবা থোকপদী থোক্লমৈদা মধু মঙ্গোলনা থোকপ্রবদী ইবেম্মনা ঙমখীবা তারে হন্দুনা পোঃ যৌবোরত্ত লেপত্রিংগুদা খোমজীন্দুনা ফারে। অদু উবদা ললিতানা করিশো মধুমঙ্গোল বংনা মরু লেপত্রিগুদা কাবদে যৌবর অসী ঐখোইনা ঙম্লে হায়রুনা হাইরীৗঙ বৃন্দাদেবীদা শারীনা যটিলা লাকই হাইযা ইঙ্গিৎ তৌই। বৃন্দাদেবীনা বানরীদা ইঙ্গিৎ পিহুনা বানরীনা উগী মত্তোন্দা কাখৎহুনা যটীলা লাক্লে লাক্লে হাইহুনা লাওই। অদুদগী

পুম্নমক থংনা ইশিংদা থাও থাদবগুম্না শিনবা থংঙি ॥ *॥

তথাহি ॥ তত্রৈব ॥

আলাপাগাত্র সংস্পৃর্সাৎ বিশ্বাসাৎ সহ ভোজনাৎ সঞ্চর ন্তিহ পানি তৈল বিন্দুরি বাম্ভোসি ॥ ইতি ॥

অবৈষ্ণব ওইরবদি ব্রাহ্মণ ওইরবসু চন্দান্দগী হেন্না তোনগ্রে মখোইগা উনরদনা আলাপ সংলাপ তৌভদরে ॥*॥

তথাহি ॥ পদ্ম পুরানে ॥

অবৈষ্ণবা স্তুয়ে বিপ্রা চন্দালাধম স্মৃতা তেষাং সন্দর্শনা লাপং দুরত পরি বর্জয়েৎ ॥ ইতি * ॥

অবৈষ্ণবতবু ওইরবদি শাস্ত্র পুম্নমক সুনা হৈরসন্নু মানা হায়রবা শাস্ত্রগী রা অদু পৌফদে হুইনা লেকপা ঘিগা মান্নরে *

তথাহি ॥ পদ্ম পুরানে ॥

অবৈষ্ণবস্য পন্দিত্যং সর্ব্ব শাস্ত্র সমন্বিতং। বাক্যং তস্য নগৃহিয়াৎ শুনালিঢ়ং হবির্যথা ॥ ইতি * ॥

শাস্ত্রনা নিষেধ তৌরিবা স্ত্রীগা সঙ্গম ওইবা। হকচাংদা থাও তৈবা। ঙা চাবা অসিমকুসু বেষ্ণবকী মতৌ অদু মাংখিবা ঙমগে। গুর নির্ম্মাল্য শ্রাদ্ধগি আমন্ত্রোন চারবদি বৈষ্ণবকা মতৌ অদু চংগ্রে ॥ * ॥

তথাহি ॥ তত্রৈব ॥

নজহাতি বৈষ্ণব ত্বাং স্ত্রীতৈলা মৎস্য ভোজনে। জহাতি গুরনির্ম্মল্য শ্রদ্ধ মন্ত্রন ভোজনে ॥ ইতি ॥

শ্রুতিনা স্মৃতিনা বেদনা পুরাম্না হায়রি হায়হূনা অন্নয় ব্যতিরেক বিচারদি তৌত্রহূনা পংপৌমরৌরবদি শ্রীকৃষ্ণগী মথক্তা অপরাধ লৈরে ॥ ০ ॥

তথাহি ॥ আদিতন্ত্রে নারদ বাক্যং ॥

অন্নয় বেতিরেকাভ্যাং বিনা যো ি বচরেৎ বিধিং শ্রুতি স্মৃতি পুরানানাং সোপরাধ হরৌ সদেতি ॥ ইতি ॥

বেদনা পুরান্ন হায়রিবা মখৈ পুন্নমক লৌবা হৌনদে বেদনা হায়রিবদি দান তৌ যজ্ঞ তৌ কর্ম্ম তৌ ভক্তি তৌ অসিনচিংবা হায়রি ॥ ইনাক থুনগে নিংবনা দান তৌবা লৌগনি। স্বর্গ কাগে নিংবনা যজ্ঞ তৌবা লৌগনি। মুক্তি ফংগে নিংবানা কর্ম্ম তৌবা লৌগনি ॥ অসিদ কনাগুম্বা মানা ঐখোহনা কর্ম্ম তৌবদি মহৈ নিব নক্তে হাইহিক্লো। মানা ফন নিদদনস্থ মুক্তি সাধন ওইরবনিনা ভক্তি হীন মওইরে ॥ ০ ॥

তথাহি ॥ সন্দর্ভো রহুগন প্রতি জরভরত বাক্যং ॥

তদেবা ফলদং কর্ম্মং পরমাথ মতস্তব মুক্তিসাধন ভুতত্বাৎ পরমার্থ ন সাধন মিতি ॥০॥

বেদগী বাক্যনা হায়বগী মখৈ পুংলো মলৌরসি পুর্ব্বদগী হৌদুনা ভক্তসিংনা লৌখিদ্রে ॥০॥

(তথাহি) নৃসিংহ দেবপ্রতি প্রহ্লাদ বাক্যং ॥

দুর্ব্বলাপ ঘন নাথ বেদবানি ময়া বহুন। ভব্যভারান ন শক্নোমি বহনেদেহি স্বল্পকং ॥ ইতি ॥

অমসুং নৃলিঙ্গ ওইবা শ্রীব্রজরাজ নন্দনবু পুজা তৌবদি

স্নেহরতি অসিনা মরম ওইহনা তৌগনি। বিধি মত ইন্না তৌরবদি চতুর্ব্বাহুগী পূজানি ॥০॥

তথাহি ।। প্রেমেয় রত্নাবল্যাং ।।

বধিনাভাচতে দেব চতুর্বাহু দি রূপধৃক রূপস্তে কেনতে নাসৌ নৃলিঙ্গ পরি পূজ্যন্তে ।। ইতি * ।।

অমসুং ভগবংতা পরায়ন ওইরবদি ব্রাহ্মণ ওইযু স্ত্রী ওইযু সুদ্র ওইযু শ্রীসালগ্রাম চন্দ্রগী পূজা সেবা তৌগনি ।। ০ ।।

তথাহি ।। প্রবন্ধো ।।

এবং শ্রীভগবান সর্ব্ব শ্রীশালগ্রাম শিলাত্মক। দ্বিজস্য স্ত্রীভিঃ শুদ্রস্য সম্পূজ্য ভগবং পরৈ ।। ইতি * ।।

পিতৃগী গোত্রনা মাগী ওইরম্বী গোত্রসু কন্যাঅহনা বিবাহ সুমিত্তগী হৌহনা স্বামীগী গোত্রদা তিনখি অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী দিক্ষা ফংবা সুমিত্তগী দ্বিজগী মতৌ ফংলে মরম অসিন্না শালগ্রামগী সেবা অধিকারী ওইরে ॥ ০॥

তথাহি ।। পদ্ম পূরানে ।।

পিতৃ গোত্রেণ যাকন্যা স্বামী গোত্রেন গোত্রিকা গোত্রিকা তথা দিক্ষা প্রভাবেন দ্বিজ ত্বাং জায়তে নূনাং ।। ইতি ০।।

অমসুং তিলোক তৌবদা ধাতুনা চিংবা কাষ্ঠ বাংশ তৃন অসিনচিংবনা তৌরবদি যণগী সকুনা থিনবগা মান্নে । খুদো-স্বীনা থিনগনি ।। ০ ।।

তথাহি ।। হরিভক্তি শুদ্ধদয় ।।

ধাতু কাষ্ঠ তৃনা বাংসে তিলকং ক্রিয়তে নূনাং। গোষ্ঠি সমং

বিজ্ঞানিয়াং ন কুর্য্যাং সাধকজনৈ। ইতি ॥

সেবা অপরাধ ৩২ ॥ নাম অপরাধ ১০ ॥ অসি য়াম্না কন্না ঙাক্কনি। নাম অপরাধসি কোকপা চিল্লে। নাম অপরাধ হাইগে।

১। শ্রীকৃষ্ণবু মাহাদেবগা পৃথক নত্তে ঈশ্বর অমাতনী বুদ্ধি তৌবা ॥

২। শ্রীগুরুদেববু মিনি নিংবা ॥

৩। বেদপুরান আশোম্ন চিংববু নিন্দা তৌবা ॥

৪। নামগী অর্থদা বাদ তৌবা।

৫। কুবাক্য তৌবা ॥

৬। নাম সোল্লগা মকোক্কি হাইদুনা পাপ তৌবা ॥

৭। অন্য শুভ কর্ম্মগা নামগা মান্নৈ নিংবা ॥

৮। শ্রদ্ধা লৈতবা মিদা নাম উপদেশ তৌবা ॥

৯। নামগী মহৈক্ত্যদা বাদ তৌবা বিশ্বাস তৌদবা ॥

১০। কিঞ্চিৎ মাত্র মাত্রামক্তা বৈষ্ণব নিন্দা তৌবা ॥

শ্রীকৃষ্ণগা সিবগা ইশ্বর অমতনি নিংকদে। হায়বা অসিদা কনাগুম্বা মিনা অনিমক ইর্শ্বর অমতনি অসুম হাইনা লৌরবদো নাম অপরাধ লেয়ে। শ্রীকৃষ্ণনা ইর্শ্বরনি সিবনা বৈষ্ণবনি হায়না নিংগনি ॥ মথাগী শ্লোক অনি অসিগী বিচার তৌরগা খংগদবা ওই ॥ * ॥

পদ্ম পুরান উক্তং ॥

বস্তু নরায়নং দেবং ব্রহ্মরুদ্রাদি দৈবত : সমত্ত্ব নাপি মন্যন্তে স্ব পাষন্দি ভবেৎধ্রুব ॥ * ॥

শ্রীভাগবতে ।।

নিম্ন গানা যথা গঙ্গাং দেবনাচ্যুতো যথা বৈষ্ণবা নাং যথা শম্ভু পুরানানাং মিদং তথা ॥ * ॥

নববিধা ভক্তিবু যাম্না চংখোন্না সেবা তৌগনি ।।

তথাহি ।। ভাগবতে ।।

শ্রবনং কীর্ত্তনং বিষ্ণু স্মরনং পাদ সেবনং অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্য মাত্মা নিবেদনং ।। ইতি ০ ।।

কল্লিকাল অসিদা হরিনাম্বু হেনব গতি অমা লৈত্রে ।।

(তথাহি) শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতে প্রভুবাক্যং হরের্নামং হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলং । কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গত্তিরন্যথা ।। ইতি ০ ।।

হরিনাম মঙাইয়ে হাইনা অহুম্লক হন্না হায়রে অহুমক্তদা থাজখিরোই হায়হনা এবশব্দ অম কাপ্লে অহুমক্তদা থাজখিরোই হায়ুহনা কেবল শব্দ অমস্থ হাপচিল্লে অহুমক্তদা পেন্দহনা নাস্তিক শব্দগা এবশব্দগা তিন্সিন্দনা নাস্তেব হায়না অহুম্লক হায়রে মরম অসিনা হরিনাম অত্তপা লৈতদা শোনগনি ।। শ্রীকৃষ্ণবু তৎতনা নিংশিঙ্গদবা ওই ।। কাওগদবা ওইদে ।। তৌহৈ তৌহৈদে হায়বা পুন্নমক অহ শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংবনে তত্তনা কাওদবনে অনিমক্কী মনাইনি ।। ০ ।।

তথাহি ।। ভক্তিরসামৃত সিন্ধৌ ।।

স্মর্ত্তব্য সততং বিষ্ণু বিস্মতব্য নজাত্তচিৎ সর্ব্ব বিধি নিষেধাঃ স্যুরেতয়া রেব কিঙ্করা ।। ইতি ০ ।।

মবুঙোনা পেল্লগা মনাইনা শাওবা অরেম্বনি।

তথাহি স্মৃত্যুক্তে ।। ।। স্বামীনা পরিতুষ্টেপঃ ভৃত্য ক্রোধ নিরার্থকঃ ।। ইতি • ।।

অষ্ট মহাদ্বাদশি ব্রতবু বৈষ্ণৱা সোইদনা তৌগনি তৌদ্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী বাক্য ইন্দব তারে মহাপ্রলয় ফাওবা যমপুরদা মরৈরে ।।

তথাহি ।। হরিভক্তি বিলাস শ্রীকৃষ্ণ বাক্যং ।।

নকরি যন্তি যেলোক দ্বাদশ্যাং যে সমাজ্ঞায়া তেষাং যমপুরে বাসং যাবতা ভূতসং প্লুবং ।। ইতি ০ ।।

সূদ্ধ ভক্তি তত্ত্ব বিচার সমাপ্তং ।।

—:(০):—

শ্রীগুরুগৌরাঙ্গৌ জয়ঃ।

পূজ্যপাদ শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী বিরচিতঃ

মঙ্গলাচরণম্।

বৈরাগ্যবিদ্যানিজভক্তিযোগংশিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ।
শ্রীকৃষ্ণচৈতন্ত শরীরধারী কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে॥
গার্হস্থ্যকৃত্য সংপ্রাপ্তৌ নরমাত্রাধিকারিতা।
ব্রহ্মচর্য্যাদি কৃত্যে তু ত্রৈবর্ণিকামপেক্ষতে॥
ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়বিশামাশ্রমো বিধি বোধিত.
স্ত্রী শুদ্র দ্বিজ বন্ধানামাশ্রমঃ প্রতিষেধিতঃ॥
সংস্কারাদিবিহীনত্বাৎ শুচনাৎ শূদ্র উচ্যতে।

---

গৌরপাদাব্জমধুপং গোপালভট্ট দেশিকম।
সন্ন্যাস-পদ্ধতি-গ্রন্থং কর্ত্তারং প্রণমাম্যহম॥ *॥

গৃহস্থ আশ্রম হায়বসি জাতি পুম্নমক্কী মী পম্নমক্কা লৈ-ক্ষমনি—অধিকারনি। ব্রহ্মচর্য্য, বানপ্রস্থ সন্ন্যাসাশ্রম অদুমদি—ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য জাতি অহুমগী ওইনা শাস্ত্রনা হায়রে। সংস্কার লৈতবনা পংবনা রাই হায়রুনা শূদ্র কৌই। শূদ্রনে, মুপ়নে, পতিত ওইরবা ব্রাহ্মণনে অহুম অসিদি ব্রহ্মচর্য্যনাচিংবা আশ্রমগী ধর্ম্মশাস্ত্রনা ককৃথংপীরে। সংস্কারনাচিংবা লৈতবদগী রারবা শূদ্রনা করিদগী ব্রহ্মচর্য্যনচিংবা

স কস্মাদ্ ব্রহ্মচর্য্যাদি সংস্কারাদিকমর্হতি ॥
নিষেধ বচনং যদ্‌যৎ পুরাণে শ্রূয়তে স্ফুটম।
অবৈষ্ণবপরং তত্তদ্বিজ্ঞেয়ং তত্ত্ববাদিভিঃ ॥
বৈষ্ণবস্তু দ্বিধা প্রোক্তঃ সামান্য সম্প্রদায়িক।
সামান্য স্তান্ত্রিকো জ্ঞেয়ো বৈদিকঃ সম্প্রদায়িকঃ ॥
সম্প্রদায়ী দ্বিভেদঃ স্যাৎ গৃহী ন্যাসী প্রভেদতঃ।
তাপাদি পঞ্চসংস্কার গ্রহণাদ্ গৃহী সংজ্ঞিতঃ ॥

---

আশ্রমগী ধর্ম্ম অসি মতিকচাবা ওইগদগে ? বেদ, শাস্ত্র, পুরাণনা হায়রিবা পুন্নমক তাৎপর্য্য খংলবা পণ্ডিতনা হায়রি— কৃষ্ণভক্তি লৈতবা, বিষ্ণু থোওইদবা মহাকপু শূদ্র হায়না খংনৈ।

শূদ্রজাতিদা পোক্লবা নিপা অহনা অমসুং নুপী অহনা করিগুম্বা ভাগ্য অমদগী সাধুসঙ্গদগী শ্রীবিষ্ণু খংলবা অনন্যা ভক্তি পামজরবদি—শাস্ত্রনা যাদে, হায়রিবদো মাবু নত্তে। "ন শূদ্র ভগবদভক্তাঃ" হায়খ্রে। কৃষ্ণগী মনাই ভক্তদি শূদ্র নত্তে।

বৈষ্ণব মখল অনিনি—সামান্য, সম্প্রদায়িক অনি অসিনি। সামান্য বৈষ্ণবতি সদগুরু লৈতবা তান্ত্রিকনি হায়না খংনৈ। সম্প্রদায়িক বৈষ্ণবতি সদ্‌গুরু পারম্পরা য়েংহনা চৎপা বৈদিকনি। অর্থাৎ সাত্বতমার্গদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ উপাসনা তৌরবসু বেদগী তত্ত্ব খংবদগী =বৈদিক হায়বনি।

সম্প্রদায়ী বৈষ্ণব অসি— গৃহী, সন্ন্যাসী অসুম্না মখল অনিনি। তাপ, পুণ্ড্র, নাম মন্ত্র অমসুং যাগ সংস্কার মঙা অসি ফংবদগী গৃহী কৌই।

তাপাদি দশসংস্কারসম্পন্নো ন্যাসী সম্মতঃ।
সন্ন্যাসী চ দ্বিধৈবাদৌ ব্রহ্মা বিষ্ণু পুরঃ সরঃ ॥
ব্রহ্মসন্ন্যাসী ব্রহ্মজ্ঞো দশনামা প্রসিদ্ধ্যতি।
বৈষ্ণবো ভক্তিমান্ন্যাসী সদা বিষ্ণুপরায়ণঃ ॥
অবিদ্যো বা সবিদ্যো বা ব্রাহ্মণোমামকীতনুঃ।
বৈষ্ণবোহহং গুরুস্বহমনন্যো মৎ পরায়ণ ॥
ত্যক্ত বর্ণাশ্রমোহনন্যস্তাক্তদ্ধর্ম্ম এব সঃ।

যদহরেব বিরজেৎ তদহরেব প্রব্রজেদিতি চ বিধি। গেহাদি বিরক্তিমান গুরুং প্রার্থয়েত—ভো গুরো! সম্প্রদায় সাধ্য সাধনা

---

তাপনচিংবা সংস্কার তরা ফংলবদি মমিং বৈষ্ণব বিষ্ণু সন্ন্যাসী কৌরে।

সন্ন্যাসীসু অহানবনা মথল অনিনি। ব্রহ্ম নিংবা অথাৎ—নিরাকার ব্রহ্মজ্ঞানদা মায়ওনশিনবা অহনা ব্রহ্মসন্ন্যাসী কৌই। তীর্থ, আশ্রম, বন, অরণ্য, গিরি, পর্ব্বত, সাগর সরস্বতী, ভারতী, পুরী, অসম তৌনা মমিং তরা থোকই।

কৃষ্ণভক্তি চংপা সন্ন্যাসীবু বৈষ্ণব সন্ন্যাসী কৌই। শ্রীভগবান্না হায়রি -মহৈ বৈরবসু হৈরবসু ব্রাহ্মণজাতি অহ ঐগী দেহনি, অনন্য ভক্তিনা ঐবু নুংশিরিবা অহুমা গুরু অমা ঐনি হায়রি। অনন্যভক্তি হায়বদি—ঐগী দমক্তা জাতি, ধর্ম্ম, আশ্রম-ধর্ম্ম কাওবা থাদোকপা ওম্বা হায়রি।

নুমিং অহদা বৈরাগ্যভাবনা উদয় ওইরকপা (বিরক্ত ওম্বা) নুমিং অহদা সন্ন্যাসগ্রহণ তৌগনি, হায়বা অসি সন্ন্যাস প্রকরণ অসিদা বিধিনি। গৃহনচিংবা বিষয় ককপা ওম্বনা গুরুদা হায়জগনি

"হে প্রাজ্ঞ ? অস্মিন ভারতে সংসারাণ্ণাং ত্রাহি, সন্ন্যাসং দেহীতি। অতঃ স্বমত সম্প্রদায়ি সন্ন্যাসধর্ম্ম সাধ্য সাধনানুষ্ঠানাপ্রাজ্ঞস্য সন্ন্যাস ধর্ম্মগ্রহণ সংস্কারাপ্রাজ্ঞত্বাৎ গৃহি গুরুনাকৃতঃ সন্ন্যাসো নিরস্ত ।।

তত্র সংস্কারা যথা।

মুণ্ডনং প্রথমং কুর্য্যাত্তীর্থস্নানং দ্বিতীয়কম ।
তৃতীয়ং হরিমন্দির-তিলকং ভাল শোভিতম ।
চতুর্থং চন্দনৈর্গাত্রে নাম মুদ্রাদি ধারণম ।
পঞ্চমং কৌপীনশুদ্ধিং ষষ্ঠং প্রাণপ্রতিষ্ঠকম ।।
সপ্তমং হরিদাসাদি নামমাত্র প্রকল্পনম ।
অষ্টমং বামকর্ণাগ্রে বিষ্ণুমন্ত্রস্য ধারণম ।।
অষ্টাদশাক্ষরৈর্ম্বৈব পঞ্চপাদাদি ভেদিনঃ ।
নবমং চাচ্যুতগোত্র স্বাকারং সর্ব্বপূজিতং ।।
শালগ্রামার্চ্চনং ভক্ত্যা দশমং পরিকীর্ত্তিতম ।

---

গুরুদেব ! সম্প্রদায়গী সাধ্য সাধনতত্ত্ব খংলবা ! অসিগুম্বা সংসারদা তারবা ঐ অসিবু লানবিয়ু, সন্ন্যাসধর্ম্মবু গুরুদেবনা পীনবিয়ু। হায়রিবা মরম অসিদগী সম্প্রদায়গী সাধ্য সাধন খংদবা গৃহীনা গুরু ওইবা য়াদ্রে।

সন্ন্যাস মতমদা সংস্কার তরানি। অহানবদা ১। শম কোকপা, ২। স্নান তৌবা, ৩। হরিমন্দির কোবা তিলক থিনবা, ৪। নাম মুদ্রা ছাপা থাবা, ৫। কৌপীন শুদ্ধিঃ, ৬। কৌপীনগী প্রাণপ্রতিষ্ঠা, ৭। হরিদাসনচিংবা নাম থোনবা, ৮। ওইগী নাকোংদা অষ্টাদশাক্ষর মন্ত্র পীবা, ৯। পুজা তৌনরবা অচ্যুতগোত্র লৌবা, ১০। শালগ্রামনচিংবা সেবা তৌবা।

এতৈর্ভেদশভিঃ সংস্কারৈর্ব্বিষ্ণুসন্ন্যাসীবৈষ্ণবঃ।
তাপদি সঞ্চসংস্কারৈর্জ্জাতব্যো গৃহীবৈষ্ণবঃ।
সংস্কারভেদ সংপ্রাপ্ত্যা সংজ্ঞাভেদো ভবেদ্দয়োঃ ।।

যদ্যপ্যত্র সন্ন্যাসাথং দশসংস্কারণমুক্তং তথাপি তাপাদি যাগান্তং দীক্ষাঙ্গভুতং তদপরঞ্চ সন্ন্যাসাঙ্গভুতং। তস্মাদেব পুর্ব্বপ্রাপ্ত পঞ্চসংস্কারং বা তৎকালগৃহীত পঞ্চসংস্কারং বা যোগপট্টাদিকং ধারয়েৎ।

তত্র প্রথমঃ সংস্কারঃ।

ক্ষৌরাথে প্রার্থনং—"মস্তকং মুণ্ডয় মুণ্ডিন শিক্ষাং সংস্কাপ্য যত্নতঃ।
শ্রদ্ধা মে কৃষ্ণচৈতন্যপদাব্জে বিক্রয় স্থিরঃ।
পিতৃ মাতৃ সমা সর্ব্বে বান্ধবা মে ভিতৈষিনঃ।

---

সংস্কার (১০) অসিদা সন্ন্যাস তৌরিবদো বৈষ্ণব্যসন্ন্যাসী কৌই। তাপ, পুণ্ড, নাম মন্ত্র, যাগ সংস্কার মঙা অসিনা গৃহীবৈষ্ণব কৌই। বৈষ্ণবকী ভত্ত্বদি অমত্তুনি; সংস্কারদগী গৃহী বৈষ্ণব অমস্তুং সন্ন্যাসী বৈষ্ণব অস্তুয়া অনি থোকপনি।

সন্ন্যাসগী দমক সংস্কার ভরা হায়রি। গৃহী অহুনা সদগুরুদা দীক্ষা তৌরমলবদি সংস্কার মঙা লৌইরে; ফলে, হায়না খন্দুনা অরাৎপ সংস্কার মঙা তৌহুনা হোনবা যোগপট্টচিংবা— কৌপীন বহির্ব্বাসনাচিংবা পীগনি।

অহানবা সংস্কার।

শম কোক্কবা হায়জবা—শম শেংবিগদোরিবা মহাশয়! যতন তৌনা শিক্ষ. থম্বিরগা ঐগী কোক অসি শেংদোকপীরো-কোকথোক-পীরো॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চরণ থম্বালদা ঐ অসি য়োম্বোক্লগে হায়বা ঐগী শ্রদ্ধানা ওইরে॥ ইপা ইমাগা মান্নরবা খিবিক্লা, মরুপ-মপাশিনা

আশীঃ কুরুষ্ব তৎপাদে ভক্তিঃ স্যাদ্যেব কৃন্তনী ॥
শ্রীচৈতন্য দয়াসিন্ধো ভক্তানুগ্রহকারক; !
দাসো ভবামি গৃহ্যাতু পতিতং মাং সমুদ্ধর ॥"
ইত্যুক্ত্বা মুণ্ডনং কারয়েৎ ॥

দ্বিতীয় সংস্কারঃ—তীর্থস্নানং।

ততো জলাশয়ে গত্বা প্রথমমাচম্য করন্যাসমঙ্গন্যাসং প্রাণায়ামঞ্চ কৃত্বা স্নানং কুর্য্যাৎ। গুরুস্তু মন্ত্রানুচার্য্য স্নানং কারয়েৎ ॥

আচমনমাহ—(ক) প্রথমং হস্তৌ দ্বৌ প্রক্ষাল্যাচমনং কুর্য্যাৎ। (তদযথা) দক্ষিণহস্তে জলং সংস্থাপ্য "ওঁ কেশবায় নমঃ" ইত্যুক্ত্বা আচম্য তজ্জলং ত্যজেৎ। "ওঁ নারায়ণায় নমঃ" ইত্যুক্ত্বা আচম্য তথৈব ত্যজেৎ। এবং "ওঁ মাধবায় নমঃ" ইত্যুক্ত্বা আচম্য ত্যজেদেব তত "ওঁ গোবিন্দায় নমঃ, ওঁ বিষ্ণবে নমঃ" ইতি দ্বাভ্যাং দ্বৌহস্তৌ প্রক্ষালয়েৎ ॥

---

চৈতন্যগী চন্দ্র "সংসারগী অরাবা কোকপা ভক্তি ওইজরো" হায়না আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু। অসি হায়জরগা চৈতন্যপ্রভুদা "ননাই ভক্তবু চানবিহৈবা শ্রীচৈতন্য দয়াসিন্ধো ! ঐ অসি নন ই ওইজরবনি, লৌশিনবিয়ু, তোল্লরা ননাইবু লানবিয়ু। " প্রার্থনা অসি তৌরগা শম কোকহনগনি।

অহুগী তুংদা তীর্থস্নান তৌগনি ॥ পুক্রি, তুরেন্দা চৎলগা গুরুনা গঙ্গা আবাহননচিংবা মন্ত্র শোনবিহুনা স্নান তৌহনগনি ॥ স্নান লৌইরগা আচমন তৌবহু হায়গে। (ক) অহানবদা খুৎ অনিমক হামদোক্লগা আচমন তৌগনি ॥ মাতু হায়রি য়েংকী খুত্তা জল হাপ্লগা 'ওঁ কেশবায় নমঃ" অসি হায়রগুনা থক্লগা অরেম্বা হৈদোক্কনি ॥ অমুক

ততঃ (খ) করন্যাসং কুর্য্যাৎ। যথা—ক্লীঁ কৃষ্ণায় অঙ্গুষ্ঠাভ্যাং নমঃ গোবিন্দায় তর্জ্জনীভ্যাং নমঃ, গোপীজন মধ্যমভ্যাং বষ্ট, বল্লভায় অনামিকাভ্যাং হুং, স্বাহা. কনিষ্ঠাভ্যাং ফট।

ততঃ (গ) [ষড়্] অঙ্গন্যাসং কুর্য্যাৎ। যথা—ক্লীং হৃদয়ায় নমঃ কৃষ্ণায় শিরসে স্বাহা, গোবিন্দায় শিখায়ৈ বষট্, গোপীজন কবচায় হুং বল্লভায় নেত্রত্রায় বষ্ট, স্বাহা অস্ত্রায় ফট্।

ততঃ (ঘ) প্রাণায়ামঃ। কামবীজেন প্রণবেন কুর্য্যাৎ। ওঁ কাম-বীজস্য প্রজাপতি ঋষিঃ দেবীগায়ত্রীচ্ছন্দঃ, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যোদেবতা, ক-কারোবীজং, ল-কারঃ কীলকং ঈ-কারঃ শক্তি, প্রাণায়ামে বিনিয়োগঃ [এবং ঋষ্যাদিকং স্মৃত্বা বীজমভ্যাসেৎ।] অস্য ন্যাসঃ—"ওঁ কাম বীজায় নমঃ, শিরসি প্রজাপত্যাবয়ে নমঃ, শিখায়ৈ দেবীগায়ত্রীচ্ছন্দসে নমঃ, আস্যে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবতায়ৈ নমঃহৃদি ক-কার বীজাত্মনে নমঃ, দক্ষিণ কুচে ল-কার কীলকায় নমঃ, বাম কুচে ঈ-কার শক্তয়ে নমঃ, হৃদি প্রণায়াম বিনিয়োগায় নমঃ। পুনঃ হৃদি পুরকা দ্বাত্রিংশৎ

---

"ওঁ নারায়ণায় নমঃ" হায়না থক্লগা অরেম্বা কম্বোক্নি। অমুক "ওঁ মাধবায়" হায়না থক্লগা হৈদোক্নি। মতুংদা "ওঁ গোবিন্দায় নমঃ ওঁ বিষ্ণবে নমঃ" হায়রগা খুং অনি হাম্‌দোক্নি।

(খ) অতুগী তুংদা মূলদা হায়রিবা মন্ত্রনা মথংশিংনা করন্যাস তৌগনি।

(গ) অতুগী তুংদা মূলদা হায়রিবা মন্ত্রনা মথংশিংনা ষড়ঙ্গন্যাস তৌগনি।

(ঘ) অতুগী তুংদা মূলদা হায়রিবা মন্ত্রগী ক্রম মতুংইন্না কামবীজনা (ন্যাস) প্রাণায়াম তৌগনি। অমুকহন্না হৃদিদা কামবীজ ৩২ পুরক—

কুম্ভকশ্চতুঃষষ্টিঃ রেচকঃ ষোড়শঃ ।। তৃতীয় হরিমন্দির তিলকং চতুর্থ নামমুদ্রা ধারণঞ্চ । দীক্ষাঙ্গত্বাদন্য পঞ্চসংস্কারান্তর্গতান্নোচ্যতেঽত্র ।।

## ( ঙ ) ততঃ কৌপীন শুদ্ধিঃ

কৌপীন করণ প্রমাণং যথা— তত্রৈব, স্তনাৎ স্তনান্তরং প্রস্থং দীর্ঘন্তু কটিবেষ্টনম । গ্রন্থ্যার্থং মুষ্টিযুগলং পট্টযুগ বিনির্ম্মিতম্ ।

কৌপীনস্যাধিষ্ঠাতৃদেবতামাহ—

লজ্জারূপা ভগবতী কৌপীনং ভবতারণম্ ।
ডোরশ্চানন্তরূপোঽসৌ ধারণে শুভদায়কঃ ।।

(চ) ভাবভক্তিজনৈর্ধার্য্যং কৌপীনং যোনি সম্মতম্ ।

---

শোর চিংশিনবা, ৬৪ না কুম্ভক---শোর থিংবা, ১৬ না রেচক--শোর থাবা, প্রাণায়াম অসি তৌগনি ।

প্রকরণ অসিদা অহুমশুবা সংস্কারদা হরি মন্দির তিলক তৌবদু মরিশুবদা নামমুদ্রা ধারনবু হায়রি দীক্ষাগী (অহানবা নাম কান্নবগী) মশক ওইবামতৌদগী অতোপ্পা সংস্কার মঙাগী মনুংচম্না কন্নবু হায়দ্রে-পদ্রে

(ঙ) অসিগী মতুংদা কৌপীনশুদ্ধি হায়রি । কৌপীন শেম্নগী প্রমাণ, শুদ্ধিনচিংবা হায়রিবা স্মৃতিদা হায়রি, স্তন অমদগী স্তন অমা য়ৌবা অহুম্না পাকপা খাংদা কোইব (রেপথংপ ) থুংবনা মগ্নু, গ্রন্থিগীদমক খুঠুম অনি থোক্নীনা ফী মচেং অনিনা শেমগনি ।

কৌপীনগী অধিষ্ঠাতৃদেবতাবু হায়রি,—সংসার-পাপপু লানবিনে কৌপীনদি লজ্জারূপা ভগবতী শক্তিনি, ধারণ তৌজবদা মঙ্গল পীন-রবা ডোরদি অনন্তগী মশকনি ।

(চ) ভাবভক্তিগী অধিকার ওইবা খিবিকনা যোনিগী মতৌ ওইনা

দক্ষিণগ্রন্থি সংযুক্তং অনন্তরূপ ডোরকম ॥
চতুর্দ্দশমুষ্টিদীর্ঘং প্রস্থং প্রাদেশমাত্রকম্ ।
কৃত্বাতু তং প্রযত্নেন সংস্কারং কারয়েত্ততঃ ॥
কৌপীনং, পৃথ্বীরূপোক্তং ডোরশ্চানন্ত এবহি ।
ব্রহ্মা বিষ্ণুঃ শিবশ্চৈব বাসুকী পবনোঽনলঃ ॥
সোমঃ শুক্রঃ সুরাচার্য্য কোপীনে নব দেবতাঃ ।
কৈশ্চিদত্র ত্রয়ঃ প্রোক্তা ব্রহ্মাদ্যা নাপরাঃ কিল ॥
গ্রন্থিমধ্যেস্থিতো বিষ্ণুঃ পার্শ্বে চ ব্রহ্মরুদ্রকৌ ।
বহির্ব্বাসো বিষ্ণুশক্তিস্তয়াচ্ছাদ্যং সুযত্নতঃ ।
এতচ্চ কৌপীনং ডোরং প্রোক্ষতং হরিচন্দনৈঃ ।
চন্দনেনাপি সংপ্রোক্ষ্য শুদ্ধার্থং শোধয়েৎ পুনঃ ॥
"গঙ্গাদি সর্ব্বতীর্থানি যানি লোকগতানি তু ।

কৌপীনবু ধারণ তৌগনি । য়েত্না গ্রন্থি পুল্লবা অনন্তগী মশক ওইবা ডোরবু ধারণ তৌগনি । মুষ্টি তরামারি শাংবা প্রাদেশ অমা পাকবা শেম্লগা কৌপীনবু যত্নঃ তৌনা শেংদোকতনগনি । ডোরনা অরেপপা অনন্ত ওইনা, কৌপীননা পৃথ্বী ওইনা হায়রি । কৌপীনদা দেবতা মাপননা অলিঙ্গু ওই, দেবতা মাপান অসিনা তাঁরি । মাদুদি—ব্রহ্মা বিষ্ণু, শিব, বাসুকী, পবন, অগ্নি, চন্দ্র, শুক্র বৃহস্পতি অসিনি । কনা হায়বা কৌপীনদা ব্রহ্মা নত্রিংবা লাই অহুম লৈ, অদুদি লৈতে হায়রে । গ্রন্থিগী মনুংদা বিষ্ণু, নাক অনিদা ব্রহ্মা, রুদ্র অনি লৈ । বহির্ব্বাসদি বিষ্ণুগী শক্তিনি, কৌপীনবু যত্ন তৌনা খুমজিনগনি । কৌপীন অমসুং ডোরদা হরিচন্দননাচিংবনা তৈগনি, খিরনি । চন্দন খিরগা শুদ্ধিগীদমক "গঙ্গাদি সর্ব্বতীর্থানি—" হায়বা মন্ত্র অসিনা শোধন

কৌপীনং পরিশুধাস্তু সর্ব্বসিদ্ধিকরানি ভোঃ।"

ঋক্ পরিশিষ্টে বৈরাগ্যখণ্ডে চ সপরিকরং কৌপিনং নির্দ্দিষ্টং,—

(ছ) কৌপীনং যুগলং বাসঃ কন্থাং শীতনিবারিণীং।

শরীরত্রাণকামো বৈ সোপানৎ কং সদাব্রজেৎ॥

বাসো বহির্ব্বাসঃ। শরীরত্রাণেতি-ঝুলি শিরস্য বসনমপীতি জ্ঞেয়ং॥

ওঁ কৌপীনশুদ্ধিমন্ত্রস্য ব্রহ্মা ঋষিঃ, অনুষ্টুপ ছন্দঃ, হংসো দেবতা ব্রহ্মবীজং, বৈষ্ণবীশক্তিং, কৌপীনশুদ্ধিং বিধানার্থং জপে বিনিয়োগ, ওঁ কৌপীনাধিষ্ঠাতৃ—লজ্জানন্তরূপায় নমঃ। ইতি দশধা জপত্বা, পুনঃ এতে গন্ধপুষ্পে ওঁ কৌপীনাধিষ্ঠাতৃ লজ্জানন্তরূপায় নমঃ, ইতি সংপূজ্য প্রতিষ্ঠাং কুর্য্যাৎ।—ওঁ কৌপীন প্রতিষ্ঠাতৃ দেবতে ইহাগচ্ছ ইহাগচ্ছ ইহ সন্নিধেহি ইহ সন্নিধেহি, ইহাবরুন্ধস্ব ইহাবরুন্ধস্ব, ইহ পরমী কুরু ইহ পরমী কুরু, ইহ কৌপীনেহধিষ্ঠানং কুরু স্বাহা।

(জ) ততঃ ষষ্ঠঃ সংস্কার প্রাণপ্রতিষ্ঠা।—এবং সংশোধ্য তৎ

---

তৌগনি। ঋক্ পরিশিষ্টদা বৈরাগ্যখণ্ডদা, কাংলুপকা লোইননা—কৌপীনবু হায়রি!—(ছ) কৌপীননে ফী অমনে, নিংথম ফী—কন্থানে (ছিরা), হকচাং কন্ননবনে. পাতুকানে লোইননা মতম খিবিক্তা লেপ্পা চংকনি, বাসঃ শব্দগা বহির্ব্বাস—মপানগী ফা সেংনবা ইন্নবা। হকচাং কন্ননবা হায়বসিনা—ঝুলি, টুপী, দণ্ড ছত্র করঙ্গ অসি খিবিক খংগদবা ওই।

মুলদা হায়রিবা মন্ত্র অসিনা কৌপীন অধিষ্ঠাতৃদেবতা পুজা তৌরগা "প্রতিষ্ঠাং কুর্য্যাৎ—" হায়বা অসিনা মথাগী আবাহন অসিনা কৌপীনদা অধিষ্ঠান ওইহনগনি।

(জ) অতুগী তুংদা প্রাণপ্রতিষ্ঠা তৌগনি।—

সর্ব্বং প্রাণপ্রতিষ্ঠাং কারয়েৎ। ততঃ প্রাণপ্রতিষ্ঠানন্তরং স্বেষ্টেদেবেহস্য সমর্পনম্। তৎসর্ব্বমিত্যনেন কৌপীনাঙ্গভূত দণ্ডাদিকমপি সংগৃহীতং ॥ তদ্ যথা—' পলাশং বৈনবং বিল্বং * ত্রিদণ্ডমুপজীবয়েৎ।

তেষামেকতরং কিম্বা বৈনং বাপি সমাচরেৎ ॥

কমণ্ডলুং তথান্যদ্বা তুম্বি কার্য্যাদি নির্ম্মিতম্।

এতদন্যচ্চ তৎসর্ব্বং বিপত্তৌ চ সমাচরেৎ ॥

কৌপীনাঙ্গভূতত্বাদেতেষাং শুদ্ধি প্রাণপ্রতিষ্ঠা চ কৌপীনস্যেব তত্তৎ করণেন সিদ্ধ্যতীতি জ্ঞেয়ম্।

## অথ প্রাণপ্রতিষ্ঠামাহ।

ওঁ অস্য কৌপীন প্রাণপ্রতিষ্ঠামন্ত্রস্য পুলস্ত্য ঋষি. গায়ত্রী ছন্দঃ, সাবিত্রী দেবতা, কামোবীজং বারাহী শক্তিঃ কৌপীন প্রতিষ্ঠা জপে বিনিযোগঃ। বর্ণ ধর্ম্মাদি বিহীনবারণী কৌপীনেহস্মিন ওঁ আং হ্রাং

অস্মমা পুম্নমক ভেম্না সংশোধন তৌরগা, প্রাণ প্রতিষ্ঠা তৌরগা ইষ্টদেবদা সমর্পন তৌগান। মুলদা (তৎ সর্ব্বং) হায়বনা কৌপীনগী পরিবার থাবিবা পুম্নমক লৌগনি, মাদুনি—পাঙ্গাংনা শাবা, ব্বানা শাবা, হৈখাথোঙ্কী মউনা শাবা, দণ্ড অহুম পায়গনি। মথল অহুম অসিদগী অমতনা দণ্ড অহুম পায়বা য়াই। কমণ্ডলুদি—তুম্বানা, উনা শাবা য়াই, পুম্নমক অসি বিপদ তারবদি অমা ওইনা চৎপস্সু য়াই। কৌপীনগী মশানিনা শুদ্ধনচিংবা মান্নরে ॥ অসিগী তুংদা প্রাণ প্রতিষ্ঠা হায়রি। মুলদা হায়রিবা মন্ত্রনা গন্ধপুষ্প কৎতুনা প্রাণ প্রতিষ্ঠা তৌগনি।

---

* "প্রভু বলে যাহে সর্ব্বদেব অধিষ্ঠান।"—চৈঃ ভাঃ অঃ ২

ক্রৌং হ্রীং সর্ব্বেপ্রাণাঃ সর্ব্বাণীন্দ্রিয়ানি চ মহাত্মনা সুখং প্রতিষ্ঠন্তু স্বাহা ইতি অষ্টোত্তরশতধা জপত্বা, পশ্চাৎ—"ওঁ আং ক্রৌং হ্রীং সুসিদ্ধায় কৌপীনায় এতদ্ গন্ধ পুষ্পাদিকং নমোহস্তু স্বাহা।" ইতি প্রাণ প্রতিষ্ঠা ॥

(ঝ) সন্ন্যাসার্থং প্রার্থনং যথা।

কৌপীন ব্রহ্মনির্ম্মিতমনন্তাৎ প্রাপ্তবাংশ্বিবঃ।
ততোহস্মান্নারদঃ প্রাপ্তো মহাযোগী ভবেৎ স্বয়ং ॥
শৌনকাদি ঋষিস্তস্মাত্ততঃ কেশব ভারতী।
তস্মাৎ প্রাপ্তো গৌরচন্দ্রঃ সাদদৌ ভক্তশাখিনি ॥
এবং পরম্পরা প্রাপ্তং শাখা শাখানুভেদতঃ।
ধারয়িত্বা মহাযোগী ভবেৎ কিলনে সংশয়ঃ ॥

(ঞ) "মায়া-তরঙ্গে সংসারেপতিতং মাং সমুদ্ধর।
কৌপীন দেহি শুদ্ধ্যর্থাং ভব-তাপ নিবারণম ॥
কৌপীন গ্রহণেনাহং পূতোহস্মীত্যা চিরাদিহ ॥"

ইতি প্রার্থনা। প্রেবেত্তাচ্চারেণাং পূর্ব্বোক্তং কিঞ্চিন্ন গৃহ্ণীয়াং ॥

---

(ঝ) সন্ন্যাসগীদমক প্রার্থনা তৌগদবা—মাহু হায়রি, শ্রীমহাদেবনা, অনন্তগী ব্রহ্ম নির্ম্মিত কৌপীন অসি ফংঙি; মহাদেবদগী নারদনা ফংহুনা মহাযোগী ওই, নারদগী শৌনক চিংবা ঋষিনা ফংখি; অদুদগী কেশব ভারতীনা, ভরতীদগী শ্রীগৌরচন্দ্রনা ফংখি, শ্রীগৌরচন্দ্রনা ভক্ত-শাখাদা পীবিখি। অসুম্না শাখা প্রশাখা মথং মথং লোনরক্তুনা মহাযোগী ওইনরে।

(ঞ) মায়াগী ইথক্তা সংসারদা তারবা ঐবু লানবিয়ু। ঐগী শেংজনবগীদমক সংসার-অল্লাবা কোকপিয়া। ওম্বা কৌপীনবু ঐ:ভান্দা।

ইত্যুক্ত দিশা "প্রৈষ" ইত্যুচ্চারয়িত্বা যোগপট্টাদিকং গ্রাহয়েদেব। 'ভো" গুরো! ভিক্ষুপযুক্তং (উপযোগং) যোগপট্টাদিকং মাং গ্রাহয়" ইতি প্রার্থিতস্তং বদেৎ— "যদ্যেবং তহি 'প্রৈষ' ইতি বারত্রয়ং বদস্ব ভদ্র।" "প্রৈযোঽস্মি" ইতি ত্রিবারমুক্ত্বা করপুটাঞ্জলিভূয় স্থিতেন তেন গুর্বাদি স্বেষ্টদেবতান্তান্ সর্বান্ পুজয়িত্বা, —ততঃ স্বেষ্টদেবাৎ পূর্ব্বন্যস্তং কৌপীনাদিকং সংপ্রার্থ্য, সংগ্রাহ্য, তদানীং তত্র সন্ন্যাসিনঃ স্পর্শয়িত্বা চ ধারয়েৎ॥ তদনন্তরং সন্ন্যাসমন্ত্রং দদ্যাৎ। তদ্‌যথা— (ত) ওঁ ক্লীং গোপীভাবাশ্রয়ায় স্বাহা" ইতি সন্ন্যাসমন্ত্রং দদ্যাৎ। ততঃ পরং ত্রিগৃহং পঞ্চগৃহং সপ্তগৃহং বা ভিক্ষয়েৎ। ভিক্ষা যথা—প্রথমতো গৃহিণো গৃহং গত্বা —"ভো মাতর্ভগবতি ভিক্ষাং দেহি" ইত্যুক্ত্বা ভিক্ষাং কৃত্বা প্রত্যাগত্য, প্রাপ্তযদ্ভৈক্ষ্যং বস্তু তৎ সন্ন্যাসদাত্রে গুরবে সমর্প্য যথাবদাশ্রমধর্ম্মান্ কুর্য্যাৎ॥

---

পাবিয়ু কৌপীন লৌহুনা। ঐ অসি সংসার অসিদা পাপ কোকচরগে ঃাসিদা গুরুনা হায়বিগনি. "প্রৈষ" ব্রাহৈ অসি হায়থরবদি, থাদোকখ্রিবা বিষয় করি অমত্তা হজিনবা য়াদ্রবনি হায়নিরগা "প্রৈষ" হায়হল্লগা যোগ পট্ট চিংবা ফংজনগনি। ব্রাহৈদি সন্ন্যাসীগী উপযোগী ওইব পুন্নরক ফজরগে হায়হল্লগা. গুরুনা হে ভদ্র! প্রৈযোঽস্মি, অহুম্রক হায়য়ু অকপিরগা, খুং ঃানা হায়হনগনি॥

গুরুদগী ইষ্টদেব—শ্রী গৌরচন্দ্র ফাওবা পুজা তৌহল্লগা নিহুনা প্রার্থনা তৌনা লৌহনগনি, অহানবদা কং থবা লেশ অহু লৌহনগনি অরৈবা (অফংবা) সন্ন্যাসীগুদা অমনা শোনহল্লগা শেংহনগনি, শেংপীগনি। (ত) কৌপিন শেংলগা মুলদা হায়রিবা মন্ত্র পীগনি, মতুংদা য়ুম ৩ নত্রগা ৫, ৭ ভিক্ষা চংহনগনি। চংলিবা য়ুম অহুদা হে ইমা

ততঃ নামকরণম্।

নামাত্র কথিতং সদ্ভি হরের্ভৃত্যত্ব বোধকম।
হরিদাসাদিকমিতি কৃষ্ণদাসাদিকং তথা ॥

বিষ্ণুমন্ত্র ধারণম্।

(থ) ন্যাস-প্রকরণে প্রোক্তঃ সন্ন্যাসগ্রাহকশ্চ যঃ।
যচ্ছেদষ্টাদশার্ণন্তু বামকর্ণে ভবান্তকম ॥

মন্ত্রো যথা—"ক্লীং কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা" গোপীভাবাশ্রিতো মন্ত্রঃ সন্ন্যাসে শক্তি বোধকঃ। যোন্ত্যাকৃতিধারণেন তদ্ভাবসাধকো যতঃ। (দ) শ্রীকৃষ্ণঃ বাবণমাত্রাথং গোপীভাব সমন্বিতম এতদ্ধর্ম্মং সমাশ্রিতো ত্রয়াদ্বারত্রয়ং জনঃ।

সন্ন্যাসধর্ম্মহীনস্তু ন পরমহংসকো ভবেৎ।
অস্মাদ্ধর্ম্মাৎ পরোধর্ম্মো নাস্তি সদ্বিজ্ঞবাং মতঃ ॥

---

ভগবতি ! (য়াইফবী) ভিক্ষা পীয়ূ হায়না লৌরগা ফংবদো গুরুদঃ শিন্নরগা, অদুম্না ধর্ম্ম অদু চৎকনি ॥

অদুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়বা মতৌ সাধুশিংনা থংবা হরিদাস. কৃষ্ণদাসনচিংবা নামকরন তৌগানি। দাস শব্দদি—দাস্—দানে, দীয়তেহস্মৈ ইতি দাসঃ।—আত্মসমর্পন তৌগ্রবা মশক, মাঙোন্দা কত্থোকগ্রবা অদুবু দাস কৌই।

(থ) সন্ন্যাসগী নিয়ম থংবা গুরু অদুনা শিষ্যগী ওইথংবা নাকোংদা সংসার কোকপা তম্বা মন্ত্র-অষ্টাদশাক্ষর মুলদা হায়রিবা অসি পীগনি।

সন্ন্যাসমন্ত্র অসি শক্তিবোধকনি, মন্ত্র অসি নত্তুনা গোপীভাব ওইদে, মন্ত্র অসিদগী গোপী ওইজদুনা সেবা ওইবা ঙমজরে।

(দ) শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিনবগীদমক গোপীভাব লৌরগা ধর্ম্ম অসি

স্বসুখোৎপাদিকাভক্তির্যেষাং কৃষ্ণেনবিদ্যতে।
তেষাং যো ধর্ম্ম সম্পন্নঃ স স্যাৎ পরমহংসকঃ ॥

কিন্তু তত্রৈব হরিভক্তানামচ্যুতগোত্রত্বং মুখ্যং অন্যত্র গৌণমিত্যপি বোধব্যম ॥

(খ) যদ্গোত্রমাশ্রিতেনাপি কৃতং কর্ম্মং শুভাশুভং।
অধুনা তৎপরিত্যজ্য ভবাম্যচ্যুত গোত্রকঃ ॥
পিতৃগোত্রাদযথা কন্যা স্বামি গোত্রেন গোত্রিতা।
তথৈবাচ্যুত গোত্রেন ভবাম্যচ্যুত গোত্রকঃ ॥

"ওঁ অচ্যুতগোত্রায় স্বাহা" ইতি অচ্যুতগোত্রোহস্মি ' ইতি বদেচ্চ শ্রীমদ্ভাগবতে - ৪ । ২১ | ১২ শ শ্লোকে—

"সর্ব্বত্রাস্খলিতাদেশঃ সপ্তদ্বীপৈকদণ্ডধৃক।
অন্যত্র ব্রাহ্মণকুলাদন্যত্রাচ্যুত গোত্রতঃ ॥

চৎচরবলে, রাহৈ অসি তহুমলক হায়গনি। সন্ন্যাসধর্ম্ম নত্তনা পরম হংস কৌবা ঙমদে। পণ্ডিতশিংনা ধর্ম্ম অসিদগী হেনবা নৈত্রে হায়রি, কৃষ্ণগী পাদপদ্মদা মাগী নুঙাইনবা ভক্তি ফংদ্রবা মী অতুনা ধর্ম্ম অসি লৌরবদি পরমহংস ওইরে। ভক্তি খিবিক্কী মনুংদা অচ্যুতগোত্রনা প্রধাননি, অতোপ্‌দ গৌণ ওই খংনগনি।

(খ তহুনবা গোত্রদা আশ্রয় তৌদুনা অফ-ফত্ত তৌরম্বমখৈ থাদোকতুনা অচ্যুতগোত্র ওইজরে। নিঙোন্না মপাগী গোত্রদগী স্বামীগী গোত্রদা তিনবা অতুগুম্না ইবুঙোগী গোত্রনা মরম ওইদুনা ঐ অচ্যুত গোত্র ওইজরে. "অচ্যুতগোত্রায় স্বাহা" "অচ্যুতগোত্রোহস্মি" মা সিস্থু হায়গনি।

মৈত্রেয়না বিদুরদা হায়খি — হে বিদুর! দ্বীপ তরেৎশুবা পৃথিবী অপু স্বগী নিংথৌ ওইরিবা পৃথু মহারাজনা ব্রাহ্মণজাতিদগী অতোপ্পদা

গৃহীতসম্প্রদায়ি সন্ন্যাস বৈষ্ণবানাং পঞ্চত্বপ্রাপ্তৌ শরীর ত্যাগেতু তদানীং দেহে সমাধিমন্ত্রং লিখ্যেৎ।

(ন যথা ওঁ ক্লীং শ্রীং হ্রীং শ্রীং লবনমৃদযুজি ভুবিশ্বত্রে স্বাহা। পশ্চাত্তীর্থোদকে ভু-বিবরে তদ্দেহং স্থাপয়েৎ। বিবর পরিমানঞ্চ পাদাধিক পুরুষ পরিমিতং। দহেচ্চেতং তথাপি কিঞ্চিং তদস্থ্যাদিং তীর্থাদৌ সমাজসংজ্ঞকে ভু-বিবরে সংস্থাপায়েচ্চ— নিবাসো চন্দ্বারকাদৌ গঙ্গাদেরপি সন্নিধৌ ইত্যনুসারেণ।

ভেকাশ্রয় পদ্ধতিকা সন্ন্যাসার্থ সতাংমতা।
নির্ম্মিতা গৌদাসানামেকান্ত ধর্ম্ম সিদ্ধয়ে॥

ইতি শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী বিরচিতা ভেকাশ্রয় পদ্ধতিকা সমাপ্তা

অতু তগোত্র ওইরবা সেরোতকী অতাপ্রবা অতৈ পুন্নমক্তা নাহৈকপা য়াদ্রবা য়াথংনা সাসন তৌই।

সম্প্রদায়িক সন্ন্যাসীনা মৃত্যু ওইরবা (সিদ্ধি ফংলবা) দেহ অতু ত্যাগ মতমদা মশাদা সমাধি মন্ত্রবু ইগনি।

(ন) মন্ত্র অসিনি, তুদা তীর্থগী জলনা, ভূমিগর্ত্তদা স্থাপন তোগনি, গর্ত্তগী প্রমান দেহ মহাগী খাক অমা মরি থোকপগী শরুক অমা গর্ত্ত অতনা হেন্দোকনা তোগনি। মে থাবরবদি মহাক্কী অস্থি অহু তীর্থদা নত্রগা সমাজ কৌবা ভূগর্ত্তদা থাদগনি, — দ্বারকানচিংবদা, গঙ্গা তীরদা লৈগনি হায়রবা নিয়মগী মতুংইন্না।

শ্রীগৌরচন্দ্রগী মনাই শিংগী ঐকান্তিক ধর্ম্ম সিদ্ধিগীদমক সাধু শিংগী মত ওইবা ভেকাশ্রয় পদ্ধতিবু লেংজে।
পূজাপাদ শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামীনা লেংবা ভেকাশ্রয় পদ্ধতি লোইরে।

( হরি নামগী বিধি ইজরগে )

হরে রাধা অঙ্গসাধ্য ভাবচিন্তামনি স্বরূপ।

কৃষ্ণ অনঙ্গ সহিত স্বরূপ

হরে ধির ললিতস্বয়ং কৃষ্ণ

কৃষ্ণ বাসুদেব কৃষ্ণ ঐশ্বর্য্য

কৃষ্ণ

কৃষ্ণ

হরে

হরে

হরে রূপ মঞ্জরী রতিমঞ্জরী

রাম বলদেব

হরে আনন্দমঞ্জরী লবঙ্গমঞ্জরী

রাম সঙ্কর্ষন

রাম গর্ভদশাই

রাম কারনাব্ধিশাই

হরে বিলাস মঞ্জরী গুনমঞ্জরী

হরে কস্তুরী মঞ্জুরী রসমঞ্জুরী

১। হরে। কৃষ্ণনংগী মাধুর্য্যনা ঐগী পুক্লিংহুরে।

২। কৃষ্ণ। নংনা লৈইদোকপা লুংঙইবা ফংহল্ল।

৩। হরে। ঐগীপুক্লিং শুপ্পা সা, কৈ, গী গুরুজনগী কিবা মাংহল্লে

৪। কৃষ্ণ। য়ুমদগী বোন্দা অপম্বা লৈতনা ঐবু চিংসিল্লী।

৫। কৃষ্ণ য়ুমদগী বোন্দা চংকনি নিংবা পুক্লিং ওইহল্লে।

৬। কৃষ্ণ ঐগী কুচ্চদা নথ পিরে।

৭। হরে! নংগী পাম্বোম্না চিংসিন্দুনা পুম্পাসয্যাদা হিপ্লে।

৮। হরে। হিপ্লিবা ঐগী মন্নুংগী ফীবু পাঙ্গল থেক্লা লৌথোক্লে।
৯। হরে। ঐগী মন্নুংগী ফীবু লৌথোক্লবদা পুক্লিংগী ব্রাবাকোক্লে॥
১০। রাম। ননিং তম্বা নহাক্লা সান্নগে হাইবা অসিনে।
১১। হরে। পুক্লিংদা থোইরম্বা অদু মাংহল্লে।
১২। রাম। চূড়ামনি নহাক্লা পুক্লিং মন্নুং নুংঙাইহল্লে।
১৩। রাম। ভাপকি রতি খিবিকপু পুন্ন´ ওইহল্লে।
১৪। রাম। ঐগী পুক্লিং অচেৎপবু পুন্ন´ ওইরে।
১৫। হরে। নংনা নোংসাগী মত্তৌ ওইনা প্রিতিকম্ম´ ফাওনা তৌরে।
১৬। হরে। হাইবদি স্বাধিন রস ফংলে হাইবা অসিনে॥
সুপ্না নাম ১৬ না অহিং নুংথিনবু নাম ৬৪ নে॥ নামা

## নামার্থ

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| শ্রীদাম | = | হরে | = | ললিতা॥ |
| সুদাম | = | কৃষ্ণ | = | বিসাখা॥ |
| দামবা | = | হরে | = | চিত্রা॥ |
| কিঙ্কিনী | = | কৃষ্ণ | = | চম্পকলতা॥ |
| অস্তেককৃষ্ণ | = | কৃষ্ণ | = | তুঙ্গবিদা॥ |
| সুবল | = | কৃষ্ণ | = | ইন্দুরেখা॥ |
| গোপঅর্জ্জুন | = | হরে | = | রঙ্গদেবী॥ |
| বুরুনাথ সখা | = | হরে | = | সুদেবী॥ |
| উজ্জ্ব´ন সখা | = | হরে | = | শশিরেখা॥ |
| শুমনক সখা | = | রাম | = | হরিপ্রিয়া॥ |
| বৃষভ সখা | = | হরে | = | বিমলাদেবী॥ |
| বিশাল সখা | = | রাম | = | বালিকাদেবী॥ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| দেবপ্রস্থ | = | রাম | = | মঞ্জুরী নাম্নি ॥ |
| মহা বল | = | রাম | = | মধুমতি দেবী ॥ |
| মহাবাহু | = | হরে | = | শ্যাম লতা । |
| সুমেধস | = | হরে | = | মঙ্গলা দেবী ॥ |

সখী ১৬ সখা ১৬ সুপ্ত ৩২ না অহিং নুং খিন্দা ৬৪ রস ভাব সেবায় লোইনসা চাইএ অষ্টম্না খংগনি ॥•॥

হরে ১ রাগনে ॥

কৃষ্ণ ২ রূপলাস । ভাবরস ॥

হরে ৩ কিলকিঞ্চিত ভাবাদি ॥

কৃষ্ণ ৪ অভিসার মিলনাদি ভাবা ॥

কৃষ্ণ ৫ বনেপ্রবেশ ও কঙ্কাকষনাদি ভাব ॥

কৃষ্ণ ৬ কচ্ছনমানা ভাবরস ॥

হরে ৭ পুষ্পসবাং প্রভৃতি হরসিত ভাব রস ॥

হরে ৮ মে অন্তর বসনং অন্তবিরহাহরসি ভাবরস ॥

হরে ৯ মেবসনান্তু রিয় মপিবলাং খাংহরসি ভাব রস ॥

রাম ১০ স্বচ্ছন্দং মধ্যি রমযসি ভাব রস ॥

হরে ১১ মে বাধাংশা হরসি ভাব রস ॥

রাম ১২ বিপরিত সম্ভোগ মে করসি ভাব রস ॥

রাম ১৩ রমনিনাং মনোহর লীলা ভাং করসি ভাব রস ॥

রাম ১৪ বাকা বিলাস ভাব ভূবন্দাকং ॥

হরে ১৫ মে মন রহসি আনন্দপাবেতি ভব রস ॥

হরে ১৬ রতি কর্ম্মা সিংহ রূপা ইতি ভাব রস ॥*॥

নাম শোম্বা তৎপা য়াদে ॥ ০ ॥

কাম গায়ত্রি । শ্রীকৃষ্ণাঙ্গে শার্দ্ধ চতুর্ব্বিংশতি চন্দ্র ত্বেনে বর্ত্তমান । যথা ॥

কামেতি দয়াক্ষরে গন্দূ যুগ দ্বৌ চন্দ্র ॥ দেবাযে ত্যক্ষরানি মুখচন্দ্র তিলক চন্দ্র ॥ ললাটার্দ্ধচন্দ্র ॥ বিদ্মহে পুষ্পেতি পঞ্চক্ষরানি দখিন করস্য পঞ্চ নখ চন্দ্রা ঃ ॥ বানায় ধিমেহি পঞ্চক্ষরানি বাম করস্য পঞ্চ নখ চন্দ্রা ঃ ॥ হিতনো নঙ্গ ইতি ॥ পঞ্চাক্ষরানি দক্ষিন পদস্য পঞ্চ নখ চন্দ্রা ঃ । প্রচোদয়াদিতি পঞ্চক্ষরানি বাম পদস্য পঞ্চ নখ চন্দ্রা ঃ ॥ ( ক্লীঁ ) বিজং কৃষ্ণস্বরূপং ॥ ০ ।

কাম গায়ত্রি ময়েক ২ না পোকপদি কৃষ্ণ ১১ না থা ১২ নি চন্দনগী কৃষ্ণ ১২ নে সুপ্পা ২৪ নি য়চেং ১ দি গর্ভদ ই বনি অসুম ওই কৃষ্ণ ২৪ না ব্রজদা সাম্নৈ কৃষ্ণ ২৪ না .২.দা সাম্নৈ ঃষ্ণ ২৪না দ্বারিকাদা সাম্নৈ । অঙ্গম্না থংগনি ॥

## গৌরচন্দ্র বাক্যং ॥

সংভক্তিতনয়া জাটা বিদ্যামাতা ধুনা মৃতা যাটা, সৌচে মৃতা সৌচে কথং সন্ধ্যা মুপাস্যতে ॥ ইতি ॥ শ্রীজীব গোস্বামী বাক্য ।

সুবুদ্ধি তনয়া জাতা বিদ্যা মাতা ধুনা মৃতা জা.তা ॥ সৌচে মৃতা সৌচে কথংসন্ধ্যা মুপাস্যতে ॥ ইতি

গ্রাম হায়বদি নদিয়া সম্প্রদাবুনে ॥ ক্লীং এক ক্ষর হাইবসে যোগপিঠ আশ্রয় সেবা প্রার্থনা পুন্নমক চংই । নবদ্বিপসাধক ব্রজ সাধোক পুন্নমক ওই হাইবা অসি করি লৈবগে হাইনা ভক্তি

থিগনি ॥ ক্লীং কৃষ্ণ স্বরূপং যুগলমূর্ত্তি ॥ কৃষ্ণস্বরূপিনী ॥ হরে নাম মহামূর্ত্তি কৃষ্ণনাম মহাসম্প হরেনাম মহা ভজন রাধা নাম সর্ব্বং মূর্ত্তি ॥

শ্রীরাধা রোঁ সিদ্ধস্বরূপং মহাভাব চিন্তামনি স্বরূপ ॥ শ্রীকৃষ্ণেরাসিদ্ধ স্বরূপং ॥ = ॥ ধিরললিত অনঙ্গনহিতস্বরূপ ॥ ॥ * ॥ লীলাময়ি কৌবদি স্বরনী ভজনবুনে ॥ গুন ময়ি হাইবদি গুল্লোনাম্বুনে গুল্লোনামগী মনুংদা করি লৈরি হায়না রস থিহুনা কাল ৮ মক্তা স্বরনীগা লোইননা. সেবা তৌহুনা রস চুপকনি ॥ অমসুং কাল নিপানগী সেবা নিমিত্তোক সেবা তৌগনী হাইবদি মন্ত্র পুজাবু কৌই। মন্ত্র হায়বদি ক্লীং মহাবিজবু কৌই। বিজগী মনুংদা রস করি লৈ হায়না সাধু সঙ্গ তৌহুনা ভক্তি তৌগদবা ওই ॥ অমসুং গুনময়ি মন্ত্রময়ি হাইবা অনিসে লীলা ময়িগীদমক সাধোক তৌরনী ॥ অমসুং মন্ত্রগুন হায়না পূরবদি আকর্শোন্দা তারে আকর্শোন হায়বদি চিংবা হায়বনি চিংবা হাইবদি চরোন্দা চিংসিন্থিয়ু হায়বনী। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিমক্কিসেবা পুজানি হায়না পূগনি ॥ হরি নাম্বু ক্লীং বিজবু তৌদ্রবদি সাধোক তৌক্লে শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌক্লে নাশ ওইরে ॥ মৈনা ইশিংনা মৃৎত্রি মখৈ মাংহুনা লৈরে হায়না থ নগনি ॥ = ॥ = ।

শ্রীগৌরচন্দ্রনা নিত্যানন্দদা হাইখি। ঐগীদন্দ খুদেকউ হাইহুনা খুদেক্লবদা অমুক হন্না হায়রকই। দাদা নিত্যানন্দনা ঐবু তৌবসি লুংঙাইতে সন্ন্যাসদা পুবিনি হায়রগা গঙ্গাদা হেক মপুবিরকই অমসুং বৃন্দাবোন্দা পুবিনী হায়রগা শান্তিপুরদা হেক মপুবিরকই চৈগুম্ব হেক মথদেকপি ঐ লুংঙাইতে হায়খিবসিগী সিদ্ধান্তবু শ্রীগৌর মহাপ্রভুনা বৈরাগ্য মার্গগিদমক বৈধি হায়বসিদা চংহল্লরোই রাগ মার্গদা শেংনা সংসার জীবগীদমক থম্বিরম্লগে হাইহুনা

মন্দ থুদেক্তুনা শ্রীহস্তদা করমালা তৌখি ॥ = ॥

অমস্তুং করমালাগি বিদোইদি নাম থাবা স্বাদে হায়না খংহল্লি ॥ অমস্তুং নামগি বিসোইদি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী সেবা তোক্কে হায়না খংহল্লি ॥ অমস্তুং শুল্লো নাম্না বৈরাগ্যগী থবক পুন্নমক লোইরে হাইনস্থু খঙহল্লি। অমস্তুং শুল্লো নামগি মন্নুংদা রাগ বৈধি য়েংনা তৌগনি হায়না খংহল্লি ॥

অমস্তুং বৈরাগ্যগী থবক্তা শুল্লোনম্না থাইদোক্তুনা বহির্ব্বাস দন্দনাচিংবা হায়রুবসে করি থোইদোক্তে॥ শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম সেবা ফংজগে হায়না ভিক্ষা তৌজবনি মরম অসিনা হৃদিদা নাম্বু নিংশিংলগা লোইরে গোস্বামী খিবিক্তা অস্তুম্না লেপথ্রে ॥—॥

অমস্তুং (শ্রীগৌরচন্দ্র বাক্যাং ॥ হরে হরে হাইবা অসি কৃষ্ণময়ি রাধা ॥ রাধাকৃষ্ণ প্রেম ময়ো হরে প্রেমদরিনে ॥

(সেবাশ্রই) ॥ আশ্রয় শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য মাধবা আচার্য্য সম্প্রদা ঠাকুর মহাশয় পরিবার নিত্যা নন্দ শাখা বাস৷ নদিয়া যাবট গ্রামঃ ॥ শুল্লো নাম হায়বসি ঐশ্বর্য্য ওই। মাধুর্য্য ওই। লৈয়েংদা শোল্লবদি সুর য়াওরে গুন সঙ্কীর্ত্তন্নী হায়না খংনগনি ॥ অন্তরঙ্গদা শোল্লবদি মাধুর্য্যনি প্রেম সেবানি হায়না খংনগনি মাগি মাহিত্যাদি সোট হরিদাসনা খংনৈ। অমস্তুং হরিদাসবু পঞ্চ বাজারদা থুঙ্গোইনরবদা মনাইগী অন্নাববু শ্রীগৌরচন্দ্রনা উরম্বুনা হরিদাস নং করিগি রাই লৈয়েংদা সুরগা লোইননঃ শোল্লবদি শুন্নি অন্তরঙ্গদা শোল্লবদি মাধুর্য্যনি হাইনা শিক্ষা তৌবী অহুনা গৌরভক্তদা প্রভুগী শিক্ষাসিবু হায়রম্লগা ত্রিবেনীদা হরিদাস চোংথহুনা প্রান ত্যাক ওইখিবনা অসি খংনগনি ॥*॥

## প্রনাম কথা ॥

দোভ্যাং পদ্ভ্যাঞ্চ জানুভ্যাং মুরষা শিরষা দৃশা মনসা চেতি অষ্টাঙ্গ প্রনমিরিত ।।০।।

জানুভ্যাং চৈব বাহুভ্যাং শিরশাবচ সাধিয়া পঞ্চাঙ্গ প্রনামস্যাৎ হরিভক্তি বিলাসঃ ।।০।।

দন্দবোংকিমশিং ।।১০৮।৫৪।২৭।১৪।১৩।৬।৩।০।।

বৈরাগ্য হায়বদি শ্রীগুরুদেবনা পিনবা সিদ্ধ মঞ্জুরীবুনে ॥ মঞ্জুরীদুগী বেশদি ১ নিবিবন্ধ ॥ ( বর্ন স্নুনার কান্তি রক্ত পোল মেঘাম্বর ) শারী ২ ।। কঞ্চুলিকা ৩ । অসিনী ॥০॥

## সাধোক্কী বেস উপমাদি ॥

১ বহির্ব্বাস ॥ ২ কৌপিন ॥ ৩ খাওন ॥ ৪ শিরাকন্থা। মরি অসিনে ॥০॥

অমস্লুং বৈরাগ্য কৌববু "হরে কৃষ্ণ" হায়বা চারি অক্ষরবু স্মরন তৌরগা ॥ অমস্লুং শ্রীগুরুদেবনা পিনবিবা বেশ ॥ অমস্লু ঐগী ইবেম্মা ইবুংঙোগী কাঙ নিপালগী লীলাবু স্মরোন তৌরগা লোইরে ।। অমস্লুং বৈরাগ্য কৌববু নুপীগী মংং শর্ম্মনি মাধুর্য্যনি ॥ মসিনা বৈনিচংদে মাধুর্য্য পুমশোনি ।।০।।

অদুৰ মনু মশক পান্দুনা তৌরিবদো বৈধিনী ।। অমসুং শুক্লো-মামেগী মনু-মঙ্গলা নাম ১ গা বেশ ১ গা মশক পান্দুনা হায়রিবা অদুমকস্ত বৈধি ঐশ্বর্য্য চংঙি ।। মাধুর্য্য সেংবা তুমদে ।।০।।০।।

মথক্তা হায়রিবা বৈরাগ্যগী কিসেং অসে মশক অদুমক ওইরে "কিসেং অদুমক' ফংলে হাইনা তৌফরোই কৈদৌনুংদা ফংজ্রসিবা কৈদৌনুংদা ওইজসিবা হায়না দৈন্য তৌদুনা ভিক্ষা নিজবনি ॥০॥

অমসুং মশক অহুমক ওইরে ফিসেং অহুমক কংলে হায়না। তৌরবদি স্বকিয়াতারে ॥০॥

অসুম কংলবমক্তদা ওইরবা মক্তদা ঠাকুর মহাশয়না কৈদৌ-নুংদা হায়বা দৈন্য অমা থম্মী মসি য়েংহুনা তৌগদবা ওই। অমসুং শ্রীকৃষ্ণগি থবক তৌবদা ভক্তি দৈন্য লৈত্রবদি ॥ অমসুং সুদ্ধ প্রেম লৈত্রবদি শ্রীকৃষ্ণ ফংবা ঙমদে অসুম্না গোস্বামিনা লাওরম্মি ॥০॥০॥

১। হরে কৃষ্ণ = নিসান্ত লিলা।
২। হরে কৃষ্ণ = প্রাত লীলা ॥
৩। হরে কৃষ্ণ = পুর্ব্বহ্ন লীলা ॥
৪। হরে হরে = মধ্যাহ্ন লীলা ॥
৫। হরে রাম = অপরাহ্ন লীলা ॥
৬। হরে হরে = স্বায়ং লীলা ॥
৭। রাম রাম = প্রদোষ লীলা
৮. হরে হরে = নক্ত লীলা ॥

গোবিন্দ দাসবিরচিত ॥

১। হরে কৃষ্ণ = ললিতা —দোরিনে ॥
২। হরে কৃষ্ণ = বিশাখা = কৌপিন্নে ॥
৩। কৃষ্ণ কৃষ্ণ = চিত্রা = বহির্ব্বাসনে ॥
৪। হরে হরে = চম্পকলতা = দন্দনে ॥
৫। হরে রাম = তুঙ্গাবিদ্যা = ছত্রনে ॥
৬। হরে রাম = ইন্দুরেখা = কাঠারিনে ॥
৭॥ রাম রাম = রঙ্গদেবী = ঝুলিনে ॥
৮। হরে হরে = সুদেবী = ভিক্ষানে ॥ লক্রবহি

লিকসিবদা সোম্বামন্ত্র ॥

তুলসী কাষ্ঠ সম্ভূতে মালে বিষ্ণুজনপ্রিয়ে।

বধ্নামি ত্বাং মহং কণ্ঠে কুরুমা কৃষ্ণ বল্লভং ॥

চন্দোম্না হরিমন্দিরনি ॥

লাইবক্তা বৈষ্ণব লৈ। নাতোন্দা গুরুদেব লৈ॥ ক্রমধাদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ মূর্ত্তি লৈ॥ ভক্তি অঙ্গ অঙ্গ মঙানি॥ তথাহি॥

১। সম্প্রদা তিন্নরগা ভক্তিগী ব্রাতান্নবা॥ সাধুসঙ্গ॥

২। নাম মালা পাইদুনা সঙ্খ্যা কৃর্ত্তন তৌবা॥ নামসঙ্খ্যা॥

৩। ভাগবত শ্রবন তৌবা॥ নাম শ্রবন॥

৪। মসানরা মানসিক্করা বৃন্দাবোন্দা লৈবা॥ ব্রজবাস॥

৫। শ্রীবিগ্রহ শ্রীমূর্ত্তি সেবা॥ শ্রদ্ধা সেবা

অহ ন্নদা নবদ্বিপ চংদুনা গৌরচন্দ্র ভজন তৌগনি॥ ধাম-ভেদ॥ গঙ্গাপুর্ব্ব॥ অন্তদ্বীপ॥ সীমন্ত দ্বীপ॥ গোদ্রুম দ্বীপ॥ মধ্য দ্বীপ॥ গঙ্গাপশ্চিম॥ নোংচুপ কোলদ্বীপ॥ ঋতুদ্বীপ॥ জহ্নু দ্বীপ॥ মোদদ্রুম দ্বীপ॥ রুদ্র দ্বীপ॥ ধাম মাপল অসি নিংশিংগনি॥ * ॥

(নিজনাম অমুক আত্মাভক্ত কর জোরাভ্যাং)

তদনুগত অমুক গুরু ভক্ত চরন কমলভ্যা নমঃ॥

তদনুগত স্বরূপ দামুদর চরন কমলভ্যা নমঃ॥

তদনুগত রামানন্দ রায় চরন কমলভ্যা নমঃ॥

তদনুগত গোবিন্দানন্দ চরন কমলভ্যা নমঃ॥

তদনুগত বসু রামানন্দ চরন কমলভ্যা নমঃ॥

তদনুগত বসুধা নন্দ চরন কমলভ্য নমঃ ॥
তদনুগভ গোবিন্দঘোস চরন কমলভ্য নমঃ
তদনুগত মাধবঘোস চরন কমলভ্য নমঃ ॥
তদনুগত বাসুদেবঘোস চরন কমলভ্য নম্য ॥ * ॥

অথ রাগ নির্ম্নয় ॥

রাগ ইতি সব অক্ষর শ্রীঅঙ্গ জানি ॥

তা ১ রি ২ তা ৩ না ৪ রি ৫ তা ৬ না ৭ তা ৮ তা ৯ ॥ ইতি ॥ অস্যার্থ এই বুঝিয়া রাগ সঞ্চারিবা নয় অক্ষরে প্রভুর শ্রী অঙ্গ নিরূপিব ॥ তা। ইতি বক্ষ ॥ রি ইতি নাভি ॥ তা ইতি কটিং ॥ না ইতি পদ ॥ রি ইতি বাহু ॥ তাইতিমুণ্ড না ইতি চক্ষুকর্ন্ন ॥ তা ইতি নাশা ॥ না ইতি মুখ ॥ * ॥

ইতি শ্রীঅঙ্গ এইরাগ নিরোপিয়া রাগসঞ্চার বাজাইবে ॥ স প্তার ইতি পঞ্চপ্রাণ জানিবা ॥ আরয়ে রাগের বেশ বর্ন্ন বাহন মুহিমা যানিয়া রাগ রাগিনী আলাপ করিয়া সেই পুরুষের রাগিনী গাইলে প্রভুর পঞ্চপ্রাণ পঞ্চরস উদয় হয় ॥ কিকি পঞ্চ ॥ মন বুদ্ধি চিৎ ইন্দ্রি প্রাণ ॥ এইজানিবে ॥

১। প্রভুর মন শ্রীবাস গায়ন ॥
২। প্রভুর বুদ্ধি অদ্বৈত মৃদঙ্গ বাজন ॥
৩। প্রভুর চিৎ নিত্যানন্দ ভাবুক ॥
৪। প্রভুর ইন্দ্রি মুরারি পায়িন ॥
৫। প্রভুর প্রান মুকুণ্ড হুহার ॥ * ॥

অথ মাণ্ডপ নির্ন্নয় ॥

কীর্ত্তনের মন্দির সেমাণ্ডপ বৃন্দাবন জানিবা ।। সেই অষ্টসখী যে খম্বা হইল ।। চারিকুঞ্চ চারি কোনা হইল ।। অষ্টখম্বা অষ্ট কুঞ্জ জানি ।। চারি কুঞ্চেতি । পুর্ব্বরাগ মান প্রেম বৈচিত্র । স্বরপ্রবাস ।। চারিদ্বার সম্ভোগ জানিবা মধ্যখম্বা কল্পবৃক্ষ চৈতন্ত কীর্ত্তন মুর্ত্তি রসরাজ জানি। আর যোগ পীঠজানি ।। তারপরে আকাশ দেবতা বায়ু, বহ্নি, জল, পৃথী, হেমন্ত, বসন্ত. চন্দ্র, স্বর্য্য, ।। এই নব দেবতা পুর্ব্বরাত্রে নিমন্ত্রন করিবা ।। নয় দেবতা নয়ঘট পুজাদিব ।। আরচারি কোনাতে পুজা ॥ অগ্নি' মহেশ্বর ॥নৈঋৎ-কেশব ॥ বায়ু অনন্ত দেব ॥ ঈশানে গনেশ ॥ চারিঘটে চারিদেবতা ॥ পুজা করি ॥ = ॥ মান্দপ পঞ্চপ্রকার ॥ পদধৌত মন্দপ১ । কুবের মন্দপ২ । রন্ধন মন্দপ৩ ।
দ্রব্য মন্দপ৪ । নিকুঞ্জ মন্দপ৫ ॥ = ইতি ॥ == ।
পদধৌত স্থান কালিদাস গোপেশ্বর স্বরূপ ১ ॥
রন্ধন বিষ্ণু শ্রীলক্ষ্মী স্বরূপ ২ ॥
দ্রব্য ভগবতি কুবের পুজা ৩ ॥
কুবের ভগবতী পুজা ৪ ॥
নিত্যমন্দির ধনী চৈতন্য পুজা ৫ ॥ = । পঞ্চধরনীযথা ॥
রাগধররী১ । মৃদঙ্গ২ । সঙ্খ৩ । করতাল৪ । কাংসধরনী এইপঞ্চ৫ ।==।

অথনিমন্ত্র বিচার কথ্যন্তে ॥

বার্ত্তন প্রেরিয়ে গৃহস্থ বারি বাবট গ্রাম জানিবা ।। সেযাবটে শ্রীমতি রাধিকা থাকেন অতএব সেস্থানে থাকিয়ে নিমন্ত্রন করিতে হয় ।। বার্ত্তন তিনপ্রকার ॥ আমন্ত্রন ১ ।। নিমন্ত্রন ২ বার্ত্তন ৩ ।। আজি হবে বার্ত্তন নাম ।। কালি হবে নিমন্ত্রোন নাম ।। ইহার

উৰ্দ্ধ আমন্ত্রোন নাম জানিবে ॥

সত্যযুগ ॥ হরি ॥ নরসিংহ রূপ ধরি। নটরাগ সঞ্চারি' রাগিনী ধবল বৰ্ন্নধরি'' ধবলা নাম ॥

ত্রেতাযুগে ॥ হরিরাম' লক্ষন রূপধরি রামায়ন' রাগেতে সঞ্চারি। রাগিনী পীতবৰ্ন্ন রাগপুষ্পা নামেপ্রচার ॥

দ্বাপর যুগ ॥ হরিরাম' কৃষ্ণরূপ ধরি রাগধুমেন নামেতে সঞ্চারি। রাগিনী শ্যামবৰ্ন্ন ছুতুলা রাগিললাটে প্রচার ॥

ধন্যকলি। গৌরদেশধন্য ২ চৈতন্য নিত্যাই। নদিয়া নাম রাগ করিল সঞ্চার। রাগিনী গৌরবৰ্ন্ন অদ্বৈত রাগিনী নামেতে প্রচারি ॥ — ।

রাগবিধি ॥ আ—গনেস। রি—বিষ্ণু। তা—ব্রহ্মা। না—শঙ্কর তা—রাগপুরুষঃ। রি—রাগিনী ॥

সঙ্গিৎ বিধান ॥

সংপদার্থ ॥ জিতাক্ষর ॥ মেধা ॥ রস ॥ জ্ঞান ॥ বুদ্ধি ॥ মধুর ॥ সুসর ॥ থির ॥—॥*।

হ্রস্ব ভাঙ্গে পুত্র। দীর্ঘ ভঙ্গে পৌত্র। প্লুতভাঙ্গে আয়ু ॥ রাগ ভাঙ্গে এই দোষঃ পায়ঃ ॥— ।

অজিতাক্ষর কাকজন্ম ॥ রাগ ভঙ্গ অঙ্গ হীন ॥ রস ভঙ্গ উতজন্ম ॥ ভজন ভঙ্গ শ্লেচ্ছজন্ম ॥ এইদোষ পায়ঃ ॥ - ॥

## রাধাঙ্গে নববিধা ভক্তি ॥

। শ্রবন 'পুৰ্ব্বরাগাদ' ইত্যেম্মাদি ॥

। কীৰ্ত্তন 'প্রবাসাদ' ইত্যুক্ত উজ্জ্বলা ॥

। স্মরন ॥ প্রেম বৈচিত্রাদ ॥

৪। পাদ সেবন ॥ রাস লীলাদা ॥

৫। অর্চ্চন ॥ কুঞ্জ লীলাদা ॥

৬। বন্দন ॥ মতম পুম্নমক্তা থুরম্মী।

৭। দাস্য ॥ প্রেম সেবাগী কান্দা ॥

৮। সখ্য ॥ সহবাসে লৈমিন্নরকপা ॥

৯। অত্মার্পন ॥ সম্ভোক সেবাদা ॥

মীনা হংলগা থুম্নবা।
অমসুং ঐনা চৎপবা।

১। সম্প্রদা = মাধব সম্প্রদানি।

২। পরিবারনা = নরোত্তম পরিবারনি

৩। আশ্রয়না = গুরু গোষাইনি।

৪। গতিনা = বৈষ্ণব গোষাইনি।

৫। ধাম্না = শ্রীবৃন্দাবোন্দনী।

৬। আলাপ্না = রাধাকৃষ্ণ উদ্বিপন্নী।

৭। সাধকনা = সিদ্ধ সাধোক্নি।

৮। সাধোম্না = প্রেম ভক্তিনী ॥

৯। স্বভাপ্না = প্রক্রিতী = স্বপীনী

১০। সিদ্ধদেহ। আশ্রয়না = গুরু রূপা আশ্রয় তৌনি।

১১। রতিনা = সামর্থা রতিনী।

১২। অনুগানা = সখী অনুগানী।

১৩। পত্রনা = শ্রীমঞ্জুরীগী পত্রনী

১৪। মন্ত্রনা = যুগোল মন্ত্রনী ॥*॥

রূপ নির্ণয় ॥

১। কৃষ্ণ চৈতন্যনা করি রূপনো।
নামগী মশক্তি বৈষ্ণব গোবাইগী রূপনী।

২। হরিনাম্না করি রূপনো।
নিত্যানন্দ স্বরূপনি।

৩। মন্ত্রনা করি রূপনো।
শ্রীরাধিকাগী শ্রীরূপনি।

ভাবনা

১। গুরুনা করি ভাপ - সেবা ভাব— সেবানি।

২। বৃষ্ণনা করি ভাপ—নিজআর্পণ ভাপনি।

৩। শ্রীমতিনা করি ভাপ - প্রনাধিক ভাপনি।

ক্লীঁগী ভোজন ॥

ক "ল" ঈ ॥ ঁ ॥ং। ক্লীঁ অক্ষর ৫ না তিন্বা ক্লীঁনি ॥

বঙ্গার্থ

ক ককার, জল — ইশিং ॥

ক - লকার, পৃথিবী — লৈবাক ॥

ঈ—ঈকার, অগ্নি —মৈ ॥

ঁ অর্দ্ধচন্দ্রাকার, বায়ু—হৃশিং ॥

ং —বিন্দু, আকাশ—আকাশ ॥

বঙ্গার্থ

ক—ককার, অভ্র — হৈনৌ ॥

ল - লকার, অশোক —খারমালেশোক ॥

ঈ—ঈকার মাল্লিকা — মল্লিকা ॥

ঁ —অর্দ্ধচন্দ্র, মাধবী—মাধবী ॥

•—বিন্দু, বকুল বকুল ॥

বঙ্গার্থ ॥ যুগোল ভজন ॥

ক—ককার, সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ ॥ কৃষ্ণ—গোবিন্দ ॥

ল—লকার, রাধাকৃষ্ণের প্রেমসাগর—প্রেম ॥

ঈ—ঈকার, বৃন্দাবনেশ্বর পরমা — রাধিকা ॥

ঁ—•-নাদবিন্দু, সম্ভোগ চুম্বন—মিলন সেবা ॥

— • — ৹ — • — ৹— • ॥

নিশান্ত লীলা ॥

বৃন্দাদেবীনা য়াথঃ থাছুনা বন পক্ষীনা রাধা গোবিন্দ জাগাই-রক্লে। কুঞ্জ অকোইবদা দ্রাক্ষা শারী। দাড়িম্ব কীর। আম্রে-কোকিল। পিলুতে কপোত। কদম্বে ময়ুর। লতাতে ভ্রমর। ভুমে তাম্রচুর।

শ্রীরাধাগোবিন্দ চেত্তোন ওইবে, অদুগা কপটনিদ্রা এই স্বর্ণ পিঞ্জুরদা ইবেম্মগী গৃহ শারীকানা রাধা গোবিন্দ জাগাই।

গৃহ শুকনা অমুক জাগাই। কলবাক সুগন্ধী শারীনা অমুক জাগাই। চেত্তোন পুমওই ওইবে লেংবদি লেথংতে।

দক্ষনাম শুকনা অমুক জাগাই ॥০॥

— —

( কীর্ত্তণ বিচার )

শ্রীগোবিন্দ পদারবিন্দে নমঃ নমঃ ॥

মুখুদি শ্রীরাধানে॥ রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু বার্ত্তোন তৌবিরু হাইদনা অরাংফমদা নৈবা পৌর্ণমাসীদা সন্দেস পিথোরকই। সন্দেসদি নৈ চন্দন্নে॥ নৈচন্দন অদুগী স্বরূপি শ্রীরাধাগী মশক্লে থঙেঙা চ

ঙুমিং অতুগী সখীগা, বৃন্দাদেবীগা অনিমক্তা।
পৌর্ণমাসীনা সিন্নরে। বার্ত্তোন লৌবদি শ্রীকৃষ্ণনে॥

ভান্দারিদি রাঘব কুবেরনি লক্ষ্মীবু পুজা তৌরিম্নে। ঘোং লাংপা নিত্যাই পুজাদি মাধবেন্দ্র পুরিনে। থাংমৈ থান্নদি হরিদাসনে। লৈচন্দন পাইবদি রামানন্দনে। স্বরূপ দামুদরনা পান্ন য়েন্নি। জগদানন্দনা ধুপ থাগৎলে। সম্বাসাদি শিবানন্দনে। খোং-হামফম ফম্বদি গোপেশ্বরনে। চরন সেবাদি কালিদাসনে। কোম অতুদা অসিবা অতুগী প্রান লৈয়ে। লক্ মতুপ অনিমক্তি রাধাগী ফৈবোম্নি। সেংলিবা খোং অতু কৃষ্ণগী পাদনি। খুদৈ অতু ইবেম্মগী কেশ শম্নি। চরনামৃত অতু চাইথরবদা অসিব অতুগী প্রান অতু মুক্ত ওইরে।

মাঙোপ মপু অতুনা পুতুনা চংলক্লে য়ুম্বুগা মাঙোপ মপুগা কোন্নবদা অসিবগী প্রাণ অতুবু শিন্নবিম্নে। য়ুম্বুগা মাঙোপ মপুগা উনরবদা বাক্স পুরোন ওইরে।

বৃন্দাবন মরোল জহুম হায়বদি।

ভাবোক্তি মাণ্ডলিনা মরোল অমা। সখী ৮ না ওইবা মখোং ৮ না মণ্ডলি ১ নি। পালাগি মণ্ডলিনা ১ নি। অহুম অসিনী॥*॥

ইশৈ হন্নদি শ্রীবাসনে। তুহারদি শ্রীনিত্যা নন্দনে। তুহার মথং সম্বিদি মুকুণ্ডনে। তুহারদগী হৌবা প্রান্তিকাওবা অতুগী মরক থাইনা চংহৈদে সখী ৮ মক্কী মশক্তি। খোমদোন চংপদি গদাধরনি। নর্ত্তকতি মহাপ্রভুনি। পুংয়ৈবা অদ্বৈতনি। তুংইন্না গোবিন্দ কৌব ভক্তনি।

মাঙোপ মপু মথাগি লুচিংবদি বাসুদেবনি। নোংচুকি লুচিং-

বদি শঙ্কর্ষনে। অঁরাঙ্গি লুচিংবদি প্রদ্যুম্ননে। নোংপোকি লুচিংবদি অনিরুদ্ধনে।

অসিদ্ধ রামানন্দি। নিমাণ্ডি। বিষ্ণু স্বামি। মাধবাচার্য্য। সম্প্রদাই ৪ মক য়াওরি। লাইরিক অসিদি তাকহৈদবা য়ানি। কৃষ্ণ ভক্তি চংতবা মিদ তাক্লবদি নোরোক তাইয়ে।

সঙ্কীর্ত্তন ৩ নি। রাস লীলাবু সঙ্কীর্ত্তন কৌই। ভক্ত ৬৪ দ্বাদশ গোপাল, অষ্ট মহন্ত পঞ্চতত্ত্ব পুম্নমক ভিন্দুনা তৌরিবা অদো গুণ সঙ্কীর্ত্তণ কৌই। হরিনাম জপ তৌরিবা অদো নাম সঙ্কীর্ত্তণ কৌই॥০॥

কুন্দলী, মণ্ডলী, মন্দির, পঞ্চতত্ত্ব, বিষ্ণুতত্ত্ব, মশা অসি খাইজগে।

খোংহাম্ফম, ভানদারীমফম, য়াম্হৌকম, সংতোপ সংতোপ লৈরিবা অদু কুণ্ডলী কৌই। য়ুম্বী ৮ মকপু মণ্ডলী কৌই। ময়াইগি য়ুম্বীবু মন্দির কৌই। হৈরুক, পানা, লৈচন্দন, ধূপ, দীপ, অসিবু পঞ্চতত্ত্ব কৌই। মনদির পুজাগী থারিবা অদুবু বিষ্ণু তত্ত্ব কৌই॥

---

সিদ্ধি ৮ গী য়া হাইগে॥

য়ুম্বী ৮ মকপু য়েংদুনা শোল্লু॥ আদো ব্রহ্ম বৃক্ষ ওঁ নমঃ নরায়ন রক্তবিন্দু মেহ মোহ ক্লীঁ ওঁ স॥ ভাপা মাণ্ডোপয়ুম্বী ৮ দা য়াহৈসিনা খুরম্মু॥

ময়াইগী য়ুম্বীদা যাত্রাদা শোনগদবা।

ওঁ ব্রহ্ম জ্বালাল্লি য়াহৈসিনা যাত্রা খুরম্মু।০। ভাবোক্তা খুরম্বদা মন্ত্রসি সোন্দুনা খুরম্মু মন্ত্রদি (এক হক কালা)

য়াহৈসিনাখুরম্মু। ভাবোক বৈষ্ণব পুক্লিং ফাবনি।

শ্রীরাধাগোবিন্দ [illegible]




অরাংফমদা খুর[illegible]

ওঁ য়াং য়াং য়াং ক্লীঁ সঃ। ম[illegible]না খুরম্নু, শ্রী[illegible] মহাকমক ওইগদবনি।

মন্দির পুজা ঘোং থাংমৈ য়েংহুনা। [illegible] সহং রাহৈসিনা খুরম্নু। হায়বা হংস নাম শোল্লগা ব্রহ্ম তেজ পিহুনা ভালগদবনি॥

ক্লীঁ হরে প্রেম মঞ্জুরী। হায়বা সিদ্ধ মঞ্জুরীনা ভাবোক অকোইবা পুম্নমক য়েংহুনা শোল্লো ভক্ত পুম্নমক প্রেম চাওখৎপনে॥

হস্ব স্বর হ ন॥ হায়বা নিজ নাম্না চিংশিন্দুনা খোইদো মখা খুদোল ২॥০ দা থম্মো খোইদৌ লেংঙোইদবনি॥

বিজয় মতমদা (হ হ হ) হায়হুনা সোর কামখোকউ অহুদা লমল লোইরে লোম্মে॥

মতাং অসিদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্কী অষ্টকাল স্বরনি সম্পুর্ন ওইরে॥০॥

মতাং অসি য়াম্না চেকসিন্না যাম সোনবা মতমদা ইশৈশকপা পুংয়েবা। লাইরিক তৌবা হায়বা থিবা। রারিলিবা পণ্ডিৎসিংনা খংদবা য়াদ্রবা মফম্নি। নানাই ঐনা অহৈ অসিং সাহুনা ইজবা নংচদে। গুরুজোন্না তাকপি তম্বিরম্বা মতুংইন্না ইজবনি। ননাই ঐদি য়াম্না তোনপ্রবা লাইরিকশু হৈতবা ভোজন সাধোনম্নু খংজদ্র বামিনী। অরাবা অসোইবা পুম্নমক ব্রাহ্মন বৈষ্ণপ পণ্ডিৎ পুম্নমক্তাক পিহুনা লাইলিক অসি অমমমদংলোবিহুনা মহৈ য়ানহম্বিয়ু। শ্রীরাধা গোবিন্দ শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী চরন্দদিবানিশি খাক্তনা খুরুমজরি॥ * ॥